# মৈতৈ খুঙ্গং



কোংখবা—

**পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্ট**

মনিপুর এডমিনিষ্ট্রেসন।


অইবা—

**শ্রীমন্তিলাল সিংহ**

এম: ডি: ইউ: আর্টিষ্ট, ইম্ফাল।


---

# কচ্ছবা

ভারতকী ঙমখৈ তাকলিবী,
চীংলোন্না ফীজেৎনরিবী ;
মহৌশা খুৎশেম্না লৈতেংবী,
মণিপুর স্না লৈমরোল !
পলেম ! নংগী খুয়াদা,
অনৌবা থৌরাংগী মচাকওই,
"মৈতৈ খুঙ্গং" মচাসে
কচ্ছরি লাইবকথীবা নচানা ॥

শ্রীমতিলাল সিংহ
তাং ২৯।১২।৫৮ ইং
এমঃ ডিঃ ইউঃ আর্টিষ্ট
ইম্ফাল।

# রাহৌদোক

"মৈতৈ খুঙ্গং" হায়বা লীলা অসি কমুনিটি ডেভেলপমেন্টক মরমদা ইজবনি। লীলা অসি সন মরিদা চংবা লীলানি। সন মরি অসিনা সিন ১৫ থোক্লা শান্নরকপনি। ড্রামা অমা মপুং ফানা ইবা তারক্লবদি ড্রামা অমদা চংবা রস পুল্লমক অদু ইদবা য়াদবনিনা য়ারিবনখে যেংদুনা ইজরবনি অদুগা ষ্টেজগী শেমদোক শেমজিন, আর্টিষ্টশিংগী ফিজেৎ ফাওবা হোংবদা কাইদনবা য়েংদুনা ইজরবনি লাইব্রিক অসি ইজবগী মরম অমনা ঃ

নোংমা তাং ১৯ ৬ ৫৮ ইংগী পুং ১ তাবা মতমদা ডাক্তর শ্রীয়েংখোম ভাগ্য সিংহ, মনিপুর মেলেরিয়া অফিসারগা লোইননা কাংচুপ চিংখোং ময়াদা লেবা খুল অমা ইন্সপেক্সন চৎপা মতমদা, ঐস্মু পোকপদগী খুল অসি অমুক্তা উদ্রি, থংদ্রি হায়দুনা ভদ্রলোক অসিগী মতুং ইন্দুনা খুল অদু য়েংবা চৎলমই। অদুবু ইম্ফাল সহরদগী মাইল ৯১০ দা লাপ্লা লম অসিদা গাড়ী তোংদুনা চংবা য়াবা লম্বী অমতা লেরমদে ঐখোইনা কয়া হংলবগী মতুংদা উপাই লৈতদুনা গাড়ী থনম্লগা, খোংউপ লৌথোক্তুনা ফী তাখৎতুনা ঈশিংখোং কয়া লান্দুনা খুনয়াই য়োনবা চংলক্লমই হায়রিবা খুনয়াই অসি য়োনা চংলকপা মতমদা লম্বী শোরোক অমদি লৈরক মচা অমতা চৎপা, চংবা য়াদবনা মীগী ইস্খোল অমদগী অমদা ফাওদুনা, খোংবান কয়া লান্দুনা, চোংদুনা খুনয়াই ফাওবা চংই। চৎনা চৎনা ভদ্রলোক অসিদা ঐনা ঐগী পুন্সিদা ঙক্লা থোক্লবা, চাওখৎপগী মরমদা খোংথাং থিল্লিবা, খুঙ্গং অসিগী চৎনবী ফিভম্মচিংবা কয়া হংখি অমস্লুং ভাবদা অঙকপা ওইনা থোকখি। হায়না হায়না খুঙ্গাশিং অমদি মহারোল কয়া উনবদস্তু অঙকপা অমা ওইনা থোক্লমই।

স্বয়াজ ফংলবা ভারতকী, চাওথংনবগী থোংজাও কয়া হাংলবা মতম অসিদা, সহরনদগী ইনক্ নক্না লৈবা থুল অসিগী ফীভম উরুবদগী, মতিক চাদ্রবা, লৌশিংগী পাঙ্গল য়াংলবা ঐনা "মৈতৈ থুঙ্গং" হায়বা লীলা মচা অসি ইজরুরে। য়াখল থেনবা ওইবনা অরাল অলুই কয়া য়াওরম্বস্ য়াই অহুবু ময়ামগী নুংশি মিংয়েংনা ঙাকপিয়ু হায়না নিজরি।

তোল্লবা—

শ্রীমতিলাল সিংহ

এম: ডং: ইউ: আর্টিষ্ট, ইম্ফাল

## • লীলা অসিন্দা চংবা মীশক •

—মুপা—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রাজেন | .... | পলেম খুন্দা চহি অমা মখাইগী ওঝা ওইরবা পাখং অমা। মাধবীগী মচানিপা। |
| ২। | বুধচন্দ্র | .... | পলেম খুন্দা হান্না ওঝা ওইবা নিপা অমা। |
| ৩। | খুল্লাকপা | .. | পলেম খুনগী খুল্লাকপা। চাইবীগী মপা। |
| ৪। | তোয়া | ... | খুল্লাকপগী মী। |
| ৫। | কামু যাত্রা | .... | পলেম খুনগী মুরু যাত্রা, খুল্লাকপগী মী |
| ৬। | শাজৌ | .... | খুনগী ফনবতা থনবা শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরাং পান্বা নিপা অমা। |
| ৭। | থোংলেন | .... | খুঞ্জাগী লুচিংবা, থবাই য়াওবা অহল অমা। |
| ৮। | গুলাপসিং | .... | লৈরোং খুনগী অহল অমা। |
| ৯। | শম্ফবা | .... | শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরাংদা থরাই য়াওবা পাখং অমা। |
| ১০। | তনৌ | ... | শম্ফবগী মমান্নবা পাখং অমা। |

ধোনো, মোনো, লেম্বা, পাকচাও, লাইবা, চৌংথং, খোম্বা, মংলেমজাও, অহঞ্জাও, নোংছাঞ্জাও অদুগ ছাত্র ময়াম অমসুং খুনগী খুঞ্জাহল, চৌকিদারনচিংবা খুনগী খুঞ্জা ময়াম।

—মুপী—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মাধবী | .... | রাজেনগী মমা। |
| ২। | শান্তা | .... | রাজেনগী মচন, মাধবীগী মচানুপী লৈশাবী। |
| ৩। | চাইবী | .... | খুল্লাকপগী মচানুপী লৈশাবী। |
| ৪। | চংনিংলেম্বী | .... | চাইবীগী মতা লৈশাবী। |

থাবল্লে, ইঙৈল্লেনচিংবী চাইবীগী মতা থরা অসিনচিংবী।

## প্লান পব্লিসিটি উইক্তা লীলা অসিদা পার্ট কুমবিথিবা
## এম, ডি, ঃ উ-গী আর্টিষ্টশিং

**—নুপা—**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রাজেন | .... | শ্রীযুক্ত মতিলালসিংহ |
| ২। | বুধচন্দ্র | .... | ,, ইবোচাওবা শর্ম্মা |
| ৩। | খুল্লাকপা | .... | ,, তোম্বীসিংহ |
| ৪। | তোয়া | .... | ,, থম্বাল শর্ম্মা |
| ৫। | কামু যাত্রা | .... | ,, ইবোহল সিংহ |
| ৬। | শাজৌ | .... | ,, নিলমণি শর্ম্মা |
| ৭। | থোংলেন | ... | ,, চন্দ্রসিংহ |
| ৮। | গুলাপসিং | .... | ,, মংলেম সিংহ |
| ৯। | মনো যাত্রা | ... | ,, খোমৈ শর্ম্মা |
| ১০ | শম্ফবা | ... | ,, বুধচন্দ্র সিংহ |
| ১১। | তনৌ | ... | ,, নোংথোন সিংহ |
| | ছাত্র অমসুং খুঙ্গাশিং | ... | বাবু শর্ম্মা, তোমৈসিং, রামানন্দসিং, সুন্দরজিৎসিং, তোম্বাসিং, মনি শর্ম্মা, হরিদাস শর্ম্মা, মধুচন্দ্রসিং অসিনচিংবা। |

**—নুপী—**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মাধবী | . | শ্রীমতি বীনো দেবী |
| ২। | শান্তা | .... | কুমারী মেধা মচা |
| ৩। | চাইবী | .. | কুমারী সুনিতীবালা দেবী |
| ৪। | চংনিংলেম্বী | .... | কুমারী য়াইমা দেবী |
| ৫। | ইংঙৌল্লে | ... | শ্রীমতি চিত্রা দেবী |
| ৬। | থাবল্লৈ | .... | কুমারী ইবেমহল দেবী অসিনচিংবী। |

ডাইরেকসন—শ্রীতোম্বী সিংহ। ঈশৈ স্বর—শ্রীদিনমনি সিংহ।
সাউণ্ড অমসুং লাইট ইফেক—শ্রীরবিন্দ্র শর্ম্মা।

# মৈতৈ খুঙ্গং



## অহানবা অঙ্ক

### ১বা উৎপা

**রাজেনগী য়ুম মচা মন্তকপা (মাঙ্গোল)**
**পুং ৩ তাবা মতম**

**(ফক অমা থাদ্রুনা লৈবা, তরেং লংচাক্কচিংবা খরা নাকল অমদা স্তাদ্রুনা লৈ)**

নিংথম কাম্বী মৈমৈনি, লমতা থাগী থামৈমৈনি। অরাপ্পা চীংদা চাকপা, লাম্মগী মৈখুনা তঙাং তঙাংলবা নুমিৎকী মশেক্লি। য়াওশং লোইখিবগী চাকচা-হৈজানবা, হরাও-কুম্মৈ কয়ানা মথং মথং শমথরক্লি। হরাও তয়াম পাম্লবা শাবী শানৌ অমদি অহল-লম্মনসিংনা, লৈত লাইরবগী রাখল থাদোক্তুনা পুক্লিং মুঙোন্নবা মতম্নি। কনানা নুমিদাং পেনাগীদমক শেম শান্নরি, কনানা শুমাং লিলাগীদমক চেন্নরি, শক্ক-হেনবী শানৌ নগা কয়ানা, নুমিদাং কুম্মৈ য়েংবদা থেংনবা নিংঙোল নাপগী নাচোম, শিঙেল লৈচন থিনরি। লাইরবগী রাখন্না থুক্কৎলবা রাজেন্দি মথুত্তা চে অমা পায়রদুনা ময়ুম পাংনা মমাগী মনাক্তা হাথু হাথুনা চেল্লরক্লি

**রাজেন—(মপান্দগী)** ইমা! ইমা!

**মাধবী—(ইমুংদগী থোরকতুনা)** নহাক লাক্লবরা ইবুংঙো? কৈদৌরে অত্তুক থেংলকইবদি?

রাজেন—(হরাওনা) ইমা! ঐ থবক ফংলেদো।

মাধবী—হাঃ! থবক ফংলে হায়বা! করি থবক্নোনে?

রাজেন—স্কুলগী ওঝা, য়েংউ চে অসি ঐবু থবক হাপ্নগী চেনি। (মতম অসিদা রাজেনগী মচন নুপী শান্তা স্কুলদগী কুমলকই) শান্তা! ঐহাক থবক ফংলেহে, নংগী লাইরিক তম্বকা করিমতা রাররোইদৌনি।

শান্তা—অওইবরা তামো! শোইদ্রবরা?

রাজেন—য়েংউদনাসে ঐগী Appointment Letter নিনেসে।

(শান্তানা পায়)

মাধবী—অদুবু করি স্কুলদনোনে? নংগী চে অদুদি ইমানা খংব্রদো।

রাজেন—সিনিসে ইনা! ঐহাক পলেম হায়বা খুল অদুগী স্কুলদা চহি অমগা মখাইগী ওঝা ওইরুবা তারে।

মাধবী—অস্থুরাইদস্থ নত্তবা? তলবনা কযা?

রাজেন—শম্না হায়রবদা ইমা ঐহাক থা অমদা লুপা ৭৫৲ রোম ফংগনি।

শান্তা—চহি অমগা মখাইদা, পারমেনেণ্টস্থ নত্তবা তামো?

রাজেন—মানি শান্তা! চহি অমা মখাইদনি। হৌজিক ওইরিবা ওঝা অদুগী মহুত্তা ওইরুগদবনি।

[illegible]—মহাক্তি কৈদৌরবা, কদাইদা চৎখ্রবা!

রাজেন—মহাক চহি অমা মখাইগী ট্রেনিং চৎকদৌরি। মাগী মহুত্তা ঐবু খনবনি। মতম খরদং অসিদা খরদং ফংবা অদুনা নংগী লাইরিক তম্বগী নতেংস্থ ওইনবা, ইমাগী লৈত-লাইরদস্থ মতেং খরদং পাংশিনবা ঙমব্রা য়েংবা হায়বদুনি।

মাধবী—ঙাইখোনে ইবুংঙো ! নংগীসিবো অরাপ্পা লরাই-থরাইদা নত্রবদি অস্নুরাইদদি তৌবা য়াদ্রবরা ?

রাজেন—ইমা ! সুরাইদদি ফংদে, অমতস্নু হাংদে। অদুগা পলেম হায়রিবা লম অসিস্নু ইম্ফালদগী পংথাপ থাপ্পা লম নত্তে। মাইল ৯।১০ দা লাপ্পা লম্মি।

শান্তা—অদুদি তামো ! চৎপা তারবদি কৈদৌঙৈ চৎকনি ?

রাজেন—ঙসি, হৌজিকমক চৎপা তারবনি।

শান্তা—-হৌজিকমক ! করিগীনো অস্নুক থুনদি ?

রাজেন –মতম্না য়াদ্রবনি শান্তা ! অদুগা অফবা থবক্তি থিনগনুস্নু হায়।

মাধবা—করিনোনে ইবুংঙো ! নংনা হায়রিবা অসিবো ? ঙসি হৌজিকমক হাখু হাথু তৌদ্রবস্নু, নংগী পুনবা চেং-চাক্নচিংবা খরদং থৌরাং ভৌরগা, নোংমা নিনি লৈরগা চৎপা য়ারোইদ্রনে ?

রাজেন—মাত্নু য়াদ্রবান ইমা ! হৌজিক ঐ কাংচুপ চীংখোং তান্না চেনবা বস তোংদুনা ঙসিমক মফম অদু য়োনবা চত্তবা য়াদ্রবনি, অদুগা হয়েং অয়ুক হান্নগা ওঝা অদুগা থবক শিন্নগদবনি। মানা হংচিং চৎখিগদবনি। শান্তা ! চৎলু থেংখ্রগনি ঐগী পুনবা ফারোনকাদু অমুক্তা থৌরাং তৌসি অদুগা ছুট কেস অদুস্নু পুথোরকউ।

(শান্ত. ইমুংদা চংদুনা মবুংগী পুনবা ফীরোল থৌরাং ভৌরি)

মাধবী—অদুবু রাজেন ! নংনা চৎখ্রগা নচন লৈশাবী অসিগা ইমাগনা য়ুম অসিদা ভৌহৌগদবা অসি............।

রাজেন—ইমা ! মাদুগীদমক্তা করিমতা চিংনবীরুরগনু, পুম্নমক অসি লাইবক্না তম্বা ঙাক্তনি। উপায় লৈতবনিনা ঐস্নু কলেজ তম্বা ঙমদ্রে। প্রাইভেট টিউসন থরা তৌবা অসিনস্নু শান্তাগী মনিং

থুংহনবস্থু ঙমদ্রে লাইরিক ফাংবা শুনা লৈবিবা ঙমদ্রে, ইমাগী নতেংস্থু পাংবা ঙমদ্রে, অদুগী শরুকপুদি ঐ মতম খরা লাইবক য়েংউরগে।

(শান্তি মবুংগী ছুট কেশ, বেডিংনচিংবা পুথোরকই, মচিন মোপরা পোং ম্রোমাশনবা লাকনরি)

মাধবী—অদুবু ইবুংঙো, নংনা হায়রিবা লম অদুদি……… । নংদ নহানিনা নপুকচেল ফাবা ঙমদদুনা, মীগী বদনামকা লাল্লবদি ইমাদি মাংলেদকো। নং নত্তনা ইমাগীদি অনিশুবস্থু নত্তেদো।

রাজেন—মদু থাইনগী রানি ইমা, হৌজক্কী মতমদা মীওইবনা মীওইবু হন্থনা খনবা, কনাবুনা অচৌবনি হায়দুনা থাঙ্গৎপা, কনাবুনা অতোনবনি হায়দুনা নমথবগী মতম অদু নত্রে, পুম্নমক পুকচেল তিন্নদুনা, অমত্তা ওইনা লৈমিন্নরগদবা মতমনি।

মাধবী—অদুবু জাতা বিজাতীগী য়ুম্নীদি লেংদ্রে, ধম্মগী ঈচেন্না তুরেল লুখাইগুম্না থাইদোকলি। মীনোক চাওরবা তাইবং অসিদা বদনামগী চৈথাদি ইমাদি থাংবা ঙমলোই। নং করিগুম্বা নত্তবা অমত্তা ইমাদা তাহনবা য়াদে।

রাজেন—ঐ পুম্নমক থংজরে ইমা, ইমানা য়াদবা, ইমানা পামদবা থবক্তা ঐ কৈদৌংঙদস্থু তৌজরোই, করিমত্তা চিংনবিগনু। মুমিৎ অসি ফনা য়াম্না থেংলমলগনি, গাড়ী নংহৌররোই, ঐ চৎনবা তৌরগে ইমা।

মাধবী—ইমানা নংবু থাদোকনিংদে হায়দুনস্থু খাম্না ঙমদ্রে ফরে চৎলুরো। অদুগা ইবুঙো, লাইনিংথৌ সনামহি খুরমলমউ, নপাগী খুদা থারিবা অদুস্থু খুরমউ অদুগা বৃন্দারাণীস্থু খুরমউ।

(রাজেন মমাগা য়াথং তুংইন্না লাইনিংথৌ সনামহি খুরমলে, মপাগী খুদা থারিবা অদু খুরমলে, বৃন্দারাণী খুরমলে, মমাগী মনাক্তা মমাগী মখোং পায়ৎনা খুরুমলগা)

রাজেন - অদুদি ইমা ! ঐ চৎলুখিগে ।

মাধবী—(মচাবু কোনখৎপিবা) চৎলো ইবুংঙো ! ইমাগী বরদগী নাদ য়েক্তনা মতম পুম্নমক্তা মঙ্গোল ওইবা ওইয়ু । (মচাবু নানবা) অদুগা রাজেন, পিশক পিক্না নপানা নংবু হুন্দোকলম্বনি, নংনা ঙসি অমুক ইমাগী নাক্তগী থাপখিবা তারবদি, ইমানা হায়বা কাওগনু । মীগা থৎন-চেনগনু, নত্তবা সঙ্গ তৌগনু, চিঞ্জাক নত্তবা চাগনু, মীগী অরেম্বা পামলুগনু, ধর্ম্ম কাইগনু, অচুম্বা লম্বীদা মীগী মতেং পাংউ, মীনা য়ানবা, সমাজনা নুংশিনবা শাজৎ চৎলুকো ইবুংঙো ।

রাজেন—ইমা ! ঐ পুম্নমক খংজরে, ইমানা য়াদবা, ইমানা পামদবা থবক্তা নচা করিমতা তৌজরোই । ইমাগী চরন্না সাক্ষী ওইসনু । (ফুরিংখাউদগী পৈশা লৌথোকতুনা) সে ইমা ! ঐঙোন্দা লুপা ৮৲ খক য়াওরি, ইমা লুপা অহুম অসি লৌহোরো. ঐ লুপা ৫৲ অসি পুথ্রগে । অদুগা ঐ গোপান্দস্তু হায়রমগে, ইমাখোইবু খর খর য়েংবিরমউ হায়না ; খুদোং চাদ্রবস্তু মাবু হেক থারকউ ।

মাধবা—(য়াইঙং, ঙলহে, চনমনচিংবা য়োম্বা ফিজেং অমা মচাদা পিয়গা ভুমিদা নপি তৈথোকলগা) সে ইবুঙো ! অসি ফুরিংখাওদা হাপচিল্লু ; মতম পুম্নমক্তা নশাদগী থাদোক্নু । অদুগা তুমলমদাইদা লাই শোল্লগা তুম্মু ।

(রাজেন লৌবা, ছুটকেশ, বেডিংনচিংবা থোংগৎলগা মচন মুপী শাস্তদা হায়রকই)

রাজেন—শান্তা ! ঐ চৎলুখিগে, মুমিৎ খুদিংগী মতম চানা স্কুল কাও, মতম চানা য়ুমদা হঞ্জিল্লু । ইমাবু মিকুপ অমত্তা থাদোকপা য়াদে, নংনা ঐ শক্তুনা পুম্নমক য়েংশিনগদবনি ।

ঐনা চৎলিবা অসি নহাক্কীদমক্তনি, মীগী মমাংদা নস্তবকা তাহল্লবদি, ঐ য়ুম অসিদা অমুক হল্লকলোইদবনি। ননিং থুংদবা লৈরবস্থু চিঠি তত্তুনা ইরকউ।

(শান্তানা মনুংবু থুরমই, বাজেন মপোং ম চ পুবত্তুনা তপ্পা ২ থোকখ্রে মাধবী অমসুং শান্তানা মমিং কুপ্তুনা য়েংলি)

[ থাংমৈ মুৎপা ]

—— ——

## ংশু। উংপা

## নুমিদাংৱাইরম পুং ৬ তাবা মতম

[পলেম খুন্দোনগা লক্ষ্মী ময়ানি, শংখবনা লক্ষ্মীদা লেপশত্তুনা তনৌবু কন্না কৌরি]

শঙ্খবা—হো তনৌ! হে তনৌ!

তনৌ—ওঃ লাকএ, লাকএ, অমুক্তা ঙাইখোও। (মনুংদগী)

শংখবা—হেরা নাবা ইবো, নুমিৎ অসি থেংখ্রে নংহৌররোই হায়রগা।

তনৌ—(থোরকত্তুনা) ইরোই তংখ্রদুনা ফাবা লাকনরুরিবনিনে।

শঙ্খবা—অদুবু ঙসাহনা খরা ঙন্না চৎসি হায়রগা।

তনৌ—হেরা, লোইরমখিরোইদা নংগনিদা। অদুবু কনা কনানি হায়না তাবগেনে ?

শঙ্খবা—মুংঙাইগদৌরিপোৎনিনে ইবো, লৈরোং খুনৌগী মৈনো যাত্রাগা পলেম খুনগা কামু যাত্রাগা শান্নগদৌরিবনিনে।

তনৌ—মখোয় অনি অসিবু অমুক্তা কোম্নদ্রিবরনে ?

শম্ফবা—অমুক্তা কোন্নদ্রিবনিনে চহি অসুক কুইবা অসি অমুক ফাওবা কোন্নো য়াদ্রিবনিনে, মুরুত্তুনা লৈরক্লিবনি। খংদেনহৈ হন্দক অসি করি লাইনা ইনশিন্দুনা শান্নো য়ারিবনো অদুনা য়েংহৌকুসি হায়বনি।

তনৌ—এঃ! অদুদি রা অমা লৈরেহৈ।

শম্ফবা—করি রানোনে?

তনৌ—হেরা নাবা ইবো, নংগী লৈরোং খুনৌগী মৈনো হায়বা অদু ঐনা ন্যুমিৎ খুদিংগী অরাং শাবন্দা ষণ পুনবা চংপদা ইতৎ তত্তুনা উনৈ। মহাক খুল্লাকপগী মচানুপী চাইবীদো কোইত্রা করিনো খংদেহৈ।

শম্ফবা—অদুদি শোইদ্রেদনা, কামু যাত্রা অদুসু খুল্লাকপগীদদা লৈরিবনি মাগী মচানুপী অদু শংদুনা, অদুনদি মখোই অনি অদু মলোম লৈনরম্বা তারেদনা।

তনৌ—অদুনদি মখোই অনি অসিদি খুল্লাকপগী মচানুপী চাইবীগী হাত্তকসিদা খম্বা নোংবান শোইদ্রেদনা।

শম্ফবা—ইবো অদুদি খরা থুনা চৎসি ঙাসগী মুক্লা অসিদি শামু লমশা অনিনা য়াথিন্নবগা চপ মান্নগদৌরিবনি।

তনৌ—চৎসি।

(মাখোই অনি চৎপা হৌই, তুংলোমদগী বাজেন্না কৌরকই)

রাজেন—ইচিন-ইনাওশা অমুক্তা ঙাইবিখো, রা অমতা হংজহৌগে?

তনৌ—করি ওইবীরবনো?

রাজেন—পলেম খুন য়ৌগবা অঁসিবু কয়াম্না রাংলিবগে?

শম্ফবা—মথারোমদা উরিবা খুন অসিনি।

রাজেন—লম্বী কদোমদা চংকদগে অমুক্তা ভাকপিরম্মু।

তনৌ—ঐখোইস্থ পলেম খুন্দা চৎকদবনি।

রাজেন—এঃ অদুদি য়াম্না নুংঙাইজরে, ঐ তুং অমূক্তা ইঞ্জহৌগে।

শম্ফবা—ঐখোইনা চৎকদৌরিবা লম্বী অসিদি য়াম্না ফত্তে, ঈশিং খোংকা য়াম্না লান্দুনা চৎকদৌরিবনি, খোংউপ তোংদুনা চৎপস্থ য়ারোই বাবু, অসোমগী চীংযাগী মখাথংবা লম্বী অসিদা কুমথরগা, তুরেন খোংবান অসিদা লাকপনা ফগনিদা বাবু।

রাজেন—ঐ লম্বীগা খংদবনে, ইথন্তা চৎপা নুংঙাইররোই, খোংউপ লৌথোকচগে, ময়ামগী তুং হেক্তা ইঞ্জরগে।

(খোংউপ লৌথোকপা হোংনরি)

তনৌ—বাবুগী করি থবক লৈবগে?

রাজেন—ঐ চুম্না থবক অমগীদমক্তা।

শম্ফবা—পলেম খুন অসি মহৌশানা মীতোপ চংবা কয়া য়াদবনিকো বাবু।

রাজেন—এঃ ঐ সরকারনা ওঝা ওইনবা থারকপনিনা থোইদোকপা বেরা তৌরোইদ্রা হায়না খনজে।

শম্ফবা—লেংঙসি অদুদি, তনৌ! সোমদা হেক্তা শমথখ্রসি।

(মখোয় অহুম চংমিয়খ্রে)

[ থাংমৈ মুৎপা ]

———

# ওঙুবা উৎপা

## পলেম খুনগী কাংজৈবুং লম্পাক

## তুমিদাংরাই মতম

[কাংজৈবুংগী নোংপোকথংবা মাইকৈদা লৈরোং খুনৌগী মীয়াম তিল্লি, নোংচুপথংবা মাইকৈদা পলেম খুনগী মীয়াম তিল্লি। মপাঙ্গল ফরবা লেংমান্নবা পাখং অনিনা ফিভম চানা কোন্নদুনা, মানা কৈদা ঐনা কৈদা হায়দুনা মিৎফম লেংদনা শামু লমশা অনিনা য়াথিন্নবগুম চাংগী চৌংলাই অনিনা শথেংনবগুম, লৌ ঙাইনদুনা লৈরি। ভাবক পুন্নমক মমিৎ কৃপ্পখিদ্রে, মতম অসিদা পলেম খুনগী ভাবকলক্তগী তোয়্লানা লাওরকই]

তোয়া—কামু ইবো! খুল্লাকপনা ফৌ পোংমঙা পিনি, ঙবোং থাগনি হায়রিদো, নাবা মুক্লা থাদবা য়াদেহৈ।

গুলাপ—(লৈরোং খুনৌগী ভাবকলক্তন) করিনো, অসিগুম্বা তাঙ্গাদা মীচং মীখাই নাইবা রা ঙাংনবা ফত্তেদা। তুমিন তুমিন ময়েংসি লৈবাক মচাশা!

তোয়া--করিনো? ঐগী মী থৌগৎচববু নথৌ করি লৈবগে।

১বা ভাবোক—ভাবোক রা ঙাংনন্নসিদা, ভাবোক্কীস্থ লাম্বা লৈগনিদা।

২বা ভাবোক—তুমিন তুমিন লৈনসে, লোইরগা ঙাংনসে, কুম্মৈ য়েংখিসে।

(রাজেন, তনে, শম্ফবা চংলকই, ছুট কেশ মথক্তা বেদীং থাংগৎতুনা ফম্লগা কুম্মৈ ঙহাক য়েংলমই। যাত্রা অনি অদু লৌ হোনরক্রে। কামুনা লোংখ্রৌ চনবদা মৈনোনা ওকপদগী কৈদু ওইনা লৈবাক্তা পুম্না তাম্মিন্নখ্রে)

তোয়া—(ফুক হৌগৎতুনা) লৈবাক মচাশা! কামুনা থারে, কামুনা থারে।

গুলাপ—কৈদগী কামুনা থাগদগে, মৈনোনা থাবনি, য়েংউ কামু মখুৎ লৈবাক শোৎখ্রে।

১বা ভাবক—কদাইদগী, করি ৱানো? কামু লোংখ্রৌ থাদ্রিনা কামুনা থাবা শোইদ্রে।

ভাবক—ল'ল্লে, লাল্লে, মৈনোনা লেংথক থংই, মখুৎ থাদ্রি কামুদি লৈপাক শোৎখ্রে: লৌ হৈবগী থাবনি, লৈপাক পুমনমক খংবিয়ু।

(ময়াম পুম্নমক ইরাং লাংনবক্লে)

শাজৌ—লৈবাক মচাশা! খুনগী অহন লমন য়াওরি, অহন মরা তাখিসে, খুনগী অহনবু বাঁচার তৌহনসে।

ভাবক—চুম্মে, চুম্মে, খুঙ্গা অহনবু বাঁচার তৌগল্লে।

খুঙ্গাহন—(থোৱকতুনা) ইচাশা, ইনাওশা! ময়াম্না অদু য়ৌনা য়েংহনরবদি বা য়াম্না চাওবা তারে, অদুগী শরুকপুদি যাত্রা অনি অদু অমুক কোন্নহল্লু।

তোয়া—করি ৱানো, যাত্রাবু অনিরক শান্নবা য়াত্রা? কামুনা থাব শোইদবনি। লৈপাক পুম্নমক লৈরোং খুনৌবুদি পালেম খন্না মুক্রা থারে: লৈরোং খুনৌগী যাত্রা তুরে।

গুলাপ—লৈবাক মচাশা! লৌ খংদবা, মুক্রা নিযম খংদবনা ঙংবা মরা লৌদে। লৈরোং খুনৌগী মেনোনা থাবনে, লৈরোং খুনৌগী মৈনোনা থাবনে, কামু মখুৎ শোৎখ্রে মৈনোনা লেংথক লৌরে।

(লৈরোং খুনৌগী মীনা লৈরোং খুনৌনা থারে, পালেম খুনগী মীনা পালেম খুন্না থারে। মকম মরাং খংদনা পংলাও লাওনরে। মমৈথংদদি উতুপ রাতুপ পাইনতুনা কাংবু অনি অত পংফু কুনরে। অতুগী মরক্তা রাজেনমু চৈ চাবা য়াওরে। রাজেন বেতীং মথক্তা কাখৎলগা লেপলাও লাওরকই)

রাজেন – লৈবাক মচাশা! অমুক্তা চাইখিবো, কাংবু অনিমক অমুক্তা তপথখিবো। ঐ অসিরাইদগী নংচদেয়ে, ইম্ফালদগী লাকচবনে। ঐ অমুত্তা হায়জখিগে।

(ময়াম পুম্নমক লেপ্পরকল্লে, তিঙক ২ খ্নেংনরক্লে। রাজেন্না মম্নাইদা চংনা লাওবকই)

করিনো ময়াম্না তৌরিবা অসিবো, নিপা লাম্বা চাবা অনি শানবগ, করিগীনো ময়াম্না ঈ-নাই তাবা মখে য়ৈন-বা সবো? শিবা নাবা যাওনরবদি ইম্ফাল কাদুনা কোর্ট চৌনদুনা, অনাফম লাবা যাওনরোইদ্রা? শেল তিংনরোইদ্রা? ক বগী রাখল অদুক থেন্নরি? মুক্না হায়বা অসি মেতৈ চোয়গী চংনবাদা ক্রৈম্নে অমা নত্রা? নিপা অনিবু হাংনরো হানা মযগী মমাংদা প্যথোকপদি নত্তেনা। চুম্না অচুম অবানগী বীচার অমা তৌরগা লোইরে নত্রগা অমুক হন্না শাহনবসু যাইনা। করিগীদমক্তা অদু যৌনা রাখল থেন্নবি-বগে বুমে যেংবা লাল্লোইনা হাযবগুম চুম্না মুক্নাগীদমক্তা খুং থোকনবা হৌনব্রা? যুমলোন্নবা খুন অনি হয়েং তুং ফাওবা যেংথনবা তারোইদ্রা? ময়াম পুম্নমক অমুক্তা ফমথখিবো, শাওবা অমুক্তা নেমনখিসে।

(ময়াম তুম্মিন ২ ফমথনরকই)

তোম্বা— অদুদি কনানা বচব তৌগদৌরি? বীচার তৌগদবা মী অদ চোংথোক্রক্লোদনা।

রাজেন - বীচার তৌগদবা মীবু চোংথোক্নকপা হৌনব্রা? খুঙ্গা অনিমক্না কাংবু অনিমক্না য়াবা মা থল্লগা লোইরেদনা।

ভাবক— খুঙ্গা মরক্তগী চোংথোক্লরবদি মীচং মীথাই নাইনরম্নিয়ে ইম্ফালদগী লাকপা মীচং মীথাই নাইরোইদবা মীতোপ্প, বীচার চেক্তা তৌহনসে।

**ভাবক**—অদুনা ফরে, মীতোপপু হেক্তা তৌহনসে, ঐখোয়স্তু অদুনা পাম্মে।

**রাজেন**—ময়াম পুন্নমক্তা করিগুম্বা অমতা হঙ্গৎচগে, ময়াম পুন্নমক্না ননাই ঐবু রায়েনজৌ হায়বা অসিবু য়ানবীরবরা ?

**ভাবক**—ঐখোয় লোইনা য়াজরে। (**খুং থাঙ্গৎনরকই**)

**রাজেন**—'খুৎ থাঙ্গৎলকপা মীশিং ষেংলগা) তিনবীরিবা ইপা ইপল, ইচিন ইনাও পুন্নমক্কী মফমদা ননাই ঐনা খুৎ লোন্নদুনা হায়জরি। ননাই ঐহাক পোকপদগী মুক্রাস্তু শান্নজরক্তে, মুন্নস্তু খংজদে, অদুবু খুঞ্জা অনিমক্না ঙসিগী থৌদোক অসিগী-দমক রায়েঞ্জৌ হায়না তাকপিরবনিনা, ঐগী পুক্লিংনা পামজবা মোট খরদং অসি ফোংদোকচগে। শামান লেংমান্নবা নিপা অনিনা মতম অমতদা লৈবাক্তা পুন্না তুমিন্নখ্রিবনি অমনা মথক থংইস্তু খংদ্রে, অমনা মখা থংইস্তু খংদ্রে। অদুগীস্তু মথক্তা লম অমমমগী, খুঞ্জা অমমমগী হৈশিংনরবা যাত্রা ঙাক্তনি; অমনা অমবু হেনজিন্না লাকচনবা যানদবদগী থোকইবা থৌদোক্নি। ঐখোযনা হৌজিক অমনা থারে হায়না লৌরবস্তু যাত্রা হায়না মিংথোল ফংলিবা নিপা অমগী পুন্সিদি য়াম্না লৈখা তানা মাংগদৌরি। করিনা হায়ববু শান্নখিবা মুক্রা অদুগী ফীভম মতা অদুনা, অদুগী শরুকপুদি যাত্রা অনি শান্নবদা হৈশিংবা মান্নবদগী ফৈদুনা তাখ্রে। অমনা অমবু লাকচনদ্রে কুম্মে মখল অমা ওইনা থোকখ্রে হায়না অনিমক্কী মগুনস্তু মাংদনবা, তুংদা খুঞ্জা অনিমক্কী য়েংথিনবস্তু লেনদনবা, অস্তুরাইদা অস্তুম্মক লোইশিল্লসি হায়ববু ময়ামনা করি হায়বীবগে ?

**শাজৌ**—**ইচিন ইনাওশা! মতুংদস্তু কাইনদনবা, রাফম অসিনা ফরগনিদা।**

ভাবক—যাত্রা অনিমক মাই খুনদ্রে কৈনৌ রায়েন্দা তারে।

(ময়াম পুন্নমক হৌগৎনত্তনা চৎনবা হৌরক্লে, লৈরোং খুনগী মীসু হন্নখ্রে)

রাজেন—পলেম খুনগী ইচিন ইনাওশিং পুন্নমক! ঐগী লন্নাই রা অমতা হংজখিগে অমুক্তা ঙাইবীখোও।

(ময়াম লেপ্লবা)

তোয়া—করিনো ইবুংঙো? করি হায়বগে?

রাজেন—ময়াম অসিবু খুনগী চৌকীদার য়াওরিব্রা?

তোয়া—য়াওরি, য়াওরি। হো খুরা চৌকীদারা! হো খুরা চৌকীদারা!

চৌকীদার—করিনো? করি হায়বগে ইবুংঙো?

রাজেন—খুরা! খুন অসিগী চৌকীদাররা?

চৌকীদার—মানি, মানি ইবুংঙো।

রাজেন—অদুদি খুরা! ঐহাক সরকারনা, ইড়ুকেসন অফিসনা খুন অসিগী ওঝা ওইনা থারকপনি। ঐগী খুদোং চাবা ফংদ্রিবা ফাওবা, নোংমা নিনিদং পনবা য়াবা মফম অমতং খুরানা শিনবীবা তারে।

চৌকীদার—করিনো হায়রিবা অসিবো ইবুংঙো! হান্নগী ওঝা অমসু লৈনা।

রাজেন—হান্নগী ওঝা অদু ঐ লাক্লবদি মা হয়েংমক চৎখ্রগদবনি। মহাক সরকারনা অতোপ্পা ত্রেন্নিং অমা থাখিগদৌরি। মাগী মহুত্তা ঐনা চহি অমা মখাই পুগদৌরিবনি। নত্তে খুরানা চৌকীদারনিনা ঐগী লৈফম অমতং শিনবীদবা য়াদ্রে।

চৌকীদার—ইবুংঙো কদায়দা অমুক শিল্লুগনি, হান্নগী ওঝা অদুনা লৈবগী লৈবা, খুল্লাকপগীদা লৈবা হায়বা সিঙাইদনা।

খুল্লাকপা—নত্তে, নত্তে চৌকীদার! ইম্ফাল মচা ঐগী য়ুমদা থম্ময়োই ঐ ইম্ফাল মচা লৈবা পামদ্রে, ইম্ফাল মচা তোনানখ্রে।

রাজেন—খুরা! ঐ সরকারগী খুন অসিগী অঙাংশিংগী মহৈ তম্বীনবগী-দমক ওঝা ওইনা থারকপনি, ঐগী লন্নাই থবক্কীদমক লাকচবসু নত্তে, মতম খরদং লৈবদা কয়ামুক কাইরগদগে?

খুল্লাকপা—ঐ সুকপাম পামজদ্রে ইবুংঙো। হৌজিক চৎলনি হায়রিবা ওঝা অসি নোংমা নিনিদং পনগে হায়রম্বদগী য়ুমদাংবনা কে-নাই হায়বগী মতাংগুম, অঙাং-নুবী পুম্নমক মাগী পাংখোন চৎপদা অমুক তোইবা লোইরে, নোংঙানবগা শমু মখোং মানবা খোংগ্রাও অমগা, খুগ্রাং অমগা নুংশা খরা য়াই, অঙাং খরা লংনা, ব্রেম খরা ঙাং, মাগী মতৌ তম্বদা ইচা ইশুশিং পুম্নমক ইরোই শেল্লু য়াখিদ্রে, শিংজনবা চৎলু য়াখিদ্রে, লংক কুম্মু য়াখিদ্রে। ইসগুন চৎপনি হায়দুনা ঙহাক্তমক চৎলুই, হুন্দ্রগা তুমখিবসিনা মথিংবোং চাক ফাওবা থোংদুনা চাদে। শুরগা চাবা শুদ্রগা তোকপা ঐখোইনিদো মখোইগা তিন্নরবদি ইচা-ইশুশিং লোইনা মাংগদোরিয়ে।

রাজেন—খুরা! হান্না লৈরম্বা ওঝা অদুগা ঐগা শক মান্নদেদনা অদুগুম্না পুক্রিংসু মান্নরোইদবনি। মী অমনা ফত্রগা পুম্নমক ফৎলোই হায়বা অসি ওইথোক্তবনি।

খুল্লাকপা—অদু ঙাক্তনি ইবুংঙো, অদুগীসু মথক্তা খুল অসিদা মীতোপ চংবা অসি খুঞ্জাশিংনসু কয়া য়ানদে অদুবু সরকারনা থারকই হায়বগী তুমিন লৈনরিবনি।

তোম্বা—সরকারনা থারকই হায়দুনা তুমিন্না হেক য়াবসু ফত্তেদা, ইম্ফাল মচাশিং অসি মহৌশানা মরো চাওবনি ফনা য়াম্না লাক্লমলেদনা হা অদুগা অদুগা হায়দুনা খুন্দগী পোৎ-চৈ

খায়রেনা পুখিবা, মশাগী কান্নবা য়েংবা ঙাক্তনি। লৈবাক্না মুন্না খন্নহৌবা ফে। সরকারনা থারকপা ঙাক্কা য়াবস্থ ফত্তে।

ময়াম—চুমই, চুমই খুন্দগী পোৎ-চৈ অমতা পুন্নোই হায়দুনা হান্না রাশকহল্লো। (ময়াম লাংনরকই)

রাজেন—ইসিন ইনাওশা, ময়াম্না অদু য়ৌনা চিংনবা পোক্লবদি ঐনা রাশক্তুনা হায়জরিবা অসিনি ইমাগী সেবা ফংবা ঙমদনা মাংগে খুন্দগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তা পুরোই, লেম্নস্থ লৌরোই।

শাজো—করিনো ময়াম্না হায় রবা অসিবু, ঐখোইগী খুন্দা অঙাংশিং নহৈ তন্দানবা, খুঙ্গংগী চাওখৎনবা সবকারনা থাবিরক্লিবা ওঝাবু লৈহন্দব। য়াব্রা নোংমা নিনি খুদোংচাদ্রিবা ফাওবা মাস্তর বাবু ঐগাদা লৈবায়ু। ঐনা পুন্নমক হোৎনজগনি।

(ময়াম থোকখিবা)

রাজেন—(মুন্না য়েংলগা) য়াম্না নুংঙাইজরে তাদা! নোংমা নিনিদংদি ঐ তাদাগীদা পঙ্গুগে। ঐস্থ সরকারদা চে থাদুনা মখোয়না শিনবীররুবা ইজগে।

শাজো—রারোবীগনু বাসু! অসি ঙাক্তনি ঐখোয়গী খুন অসিদি। ঐনা ঐখোইগী খুন অসি চাওখৎনবা অতে খুঙ্গংশিংগা মী-মান্ননবা ফনা য়াম্না হোৎনজবনি অদুবু ঐবু খুন অসিদা মাতোপ পুশিল্লি, মাচং খোমই হায়দুনা হু ওইহুনা লৈরিবনি।

রাজেন—মতম্না মরাইনা তাকচরক্কনি, করিমতা চিংনবীগনু, তাদা।

শাজো—অদুদি লেংঙসি, নুমিৎ অসি ফনা য়াম্না থেংখ্রে, ঐস্থ খরা পায়জগে।

রাজেন—এঃ ঐনা অস্থম পায়জরবস্থ য়াগনি।

**[ থাংমৈ মুৎপা ]**

---

# ৪শুবা উৎপা

## অয়ুক অঙনবা পুং ৬ তাবা মতম

### লম্বী

[কাংচুপ চীখোং তাবা খুঙ্গংগী লম্বীনি, নাক য়েত্তা হাংলবা লৌবুক, পাকলবা লম্পাক্লা মিৎয়েং তামখ্রি, চীংয়াগী অশংবা উমংনা লোইরোই ইনখ্রি। লোইবী চীংজাওনা ঙমখৈ তাকলি। অয়ুক অঙনবগী লিরিবা নুংশিৎনা, তরং তরংবা নুমিৎকী মঙালগা লোইননা য়াহৌ ঙনবী লৈরাংগী লৈনম খোমলি। মতম অসিদা বুধচন্দ্র বেডীং পুরদুনা রাজেন অমসুং শাজোগা লোইননা ৱারি শার শারদুনা অৱাং পাংনা কাংচুপ চীংখোং তমলকলি]

রাজেন—ওঝানা তাকপিরিবা অসিবু, মতম অসুক কুইনা লৈরকপা অসি মখোয়গা পুকচেন খোইজেন তিন্ননা ৱারি ৱাতাই শাবা, খুনগী অফ ফত্তগী মরম ফাওবা খন্নবা য়াদ্রনে?

বুধ—ইবুংঙো রাজেন! ইয়াম্বসু অহানবদা ফনা য়াম্না কন্না হোৎনরম্বনি, মমৈথংদদি উপাই লৈরক্ত্রদুনা তোকলবনিনে। করি অমুক হায়রুনি, খুল অসিগী অফ-ফত্ত শেমগৎ-শাগৎপগী ৱা তান্নবা য়াবদি হায়রুনু, হৌরক্লিবা নহারোল, মচা মশুশিং লাইরিক তম্বা থারকউ হায়বা য়াদদুনা ইশানা ময়ুমদা চৎতুনা থেম-নরিবনি। কনাগুম্বা অঙাংনা মথরাই য়াওদুনা, লাইরিক হৈনিংদুনা কাজরক্লবসু, শিংজনবা, ইরোই শেনবগীদমক্তা স্কুলদা লাক্তুনা চীংদুনা পুখ্রিবনি। মসিদবু করি উপাই লৈবগে? অদুগীসু মথক্তা খুল অসিগী চৎনবীনা য়ু থকপা, ময়াই কাবা পোৎ শিজিন্নবনা হৌনশানি। দেব কর্ম্ম অচৌবা উসব অমতং থোকপদা অসিগুম্বা তৌবা অসি নত্তনা করি অমতা উদে। শম্মা হায়রবদা খুঙ্গং অসিদা জ্ঞান খরা তারিবা হায়ববু ভাদা শাজৌ হায়বা নিপা অসিদনি।

শাজৌ—অচুম্বনি মাস্তর বাবুনা ভাকপিম্লিবা অসি, ঐহাক ইশাননা খুল অসি মীগা মীমান্নবমক্ ঙমদ্রবস্থু, খন্নদং চাওখৎলবদি হায়দুনা, নোংমা নোম্বনা তরানি কান্নরিবা, তরানি শুবনা চহি অমা কোম্নরিবা, ইশাগী লৌউ-শিংউবগী থবরুচিংবা পুম্নমক থাদোক্তুনা ফনা য়াম্না কন্না হোৎনজবনি। অদুবু করিস্থু উপাই লৈতে। লম্বী শেমসি য়াদে, থোং শাসি য়াদে, ঈশিংখোং শেংদোকসি হায়নৈ থওইনদে, হায়রুরে লম্বী-খোং ফরগা ষণ হুরানবনা ইরোইচিংবা নুংঙাইনবা, তানবা ফংদনবা, করি কান্নগনি হায়দোকই। মীতোপ চংলক-তুনা খুনগী পোৎ-চৈ লৌখিনবনি হায়দোকই। কন্না হায়রুরে কাংবু শেমদুনা ফুন-চৈনবদা মহৌই, অনিদা শুনা মান্নসি য়াদবনি। অদুগা অরেম্বা থৌরেমগী থবক্তদি কাংজৈবুং থন্না তিল্লিবনি। হৌজিক লাইগী উমং ময়াদা ইনা কুপ্পা স্কুল মচা অমা লৈরিবা অসিস্থু ঐ ইশানা চিংদগী মখোং য়ান্দুনা ইখুৎনা ই ফান্দুনা, তম্বীনবা ওঝাস্থু শুইদুনা রানা হোৎন-জরকপনি অদুবু ছাত্র তরাশুনা তম্বীদে। হা লৈরোং খুনৌগী স্কুলদি জীঙ্গনা কুপই মসিদি ইনা কুপই হায়দুনা অমতা কারক্ত্রিবনি। মমৈদদি এস্থু নুংঙাইমন্দ্রদুনা সরকারদা চে থাদুনা হাম্নজা চৎচবদগী জিঙ্গনা কুপ্পা স্কুল হন্দক্তা শাখ্রিবনি।

রাজেন—অদুগুম্বা জ্ঞান তাবা, ইশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্বা তাদা লৈরম্লিবা অসি খুন অসিগী তুংদা হৌরকপা নহারোলশিংগী য়াম্না লাইবক ফবনি।

বুধ—ইবুঙো রাজেন! ইয়াম্বদি তশেংনা হায়রবদা খুল অসি থাদোক-নিংবা কুইরবনি। করিগুম্বা চান্স অমতং ফংলবদি হায়দুনা ঙাইরক্লিবা অসি মতম শাংলবনি। অদু ইয়াম্বদি চৎপা তারবনিনা ইনাওনা অমুক পুহৌবা হায়বা অসি মঙাইরেদনা।

রাজেন—অহোয় ওঝাবু মতম খরা ময়ামগী সেবা তৌবা ঙমত্রা য়েংবা হায়বত্রুনি।

বুধ—অত্নগনে ইবুঙো মতম পুম্নমক্তা, হীরম খুদিংমক্তা তাদা শাজৌ অসিগা তান্নরগা তৌ মাত্নুনা ইবুঙোগী খ্বাইদগী হেন্না সুবীধা ওইগনি। তাদা অসি ময়ামগী রাখন্দগী ইতোপ তোপ্পা পুকচেল অমা লৈবনি। মাহাক লৈবদগী ঐস্মু মতম অস্মুক কুইবা অসি খাংলক্লিবনি।

রাজেন—অচুম্বনি ওঝা ঐস্মু অহানবা হেক উন্নবা নুমিত্তগী পুকচেল খংজরবনি। হীরম খুদিংমক্তা তাদাগী মতেং লৌত্নুনা মতম খরা অসি লৈজগদৌরিবনি।

শাজৌ—ওঝা! ওঝানা ঙসি লেংগদৌরিবা অসি ঐদি ওন্থোকনা নুংঙাইজখিদ্রে, ওন্থোকনা পুকনিং নুংশিখ্রে। মতম খরা থাপ্নরবস্মু কাওবদি কাওনম্মুসিকো ওঝা।

বুধ—এঃ করিগী কাওনগদগে, তাদ। ঐস্মু চিঠিকা থাবক্কনি, তাদস্মু মতম পুম্নমক্তা পাও তাহল্লকউ। স্কুলগী ফীভমকাস্মু তত্তনা খংহল্লকউ।

শাজৌ—ফনি, ওঝাবু; ঙসি অসি ঐনা খুনগী অহল-লমন ময়ামস্মু ওঝানা চৎপা অসি থিন্দোকনবা হায়জবনি। স্কুলগী অঙাং ময়ামস্মু খোমজবনি। অত্নবু কনা অমতা লারুদ্রমাল্লে। ঐনা ময়ামগী মহুৎ শিন্দুনা থিনজরবনি, রারৌবিবা য়াদে ওঝা।

বুধ—এঃ করিগী রারৌগদগে, তাদবু ময়ামগী মহুৎ শিন্দুনা উনবা ফংলিবা অসি, ঐগী খ্বাইদগী নুংঙাইজবনি।

শাজৌ—(থাওদগী লফোই লৌথোকতুনা) অত্নগা ওঝাগীদমক লফোই থরদং পুজরকই, ঐগী ইংখোনদা পানবনি, য়ুমদা অঙাংশিংগী-দমক খরা পাইবিখো, ওঝা! মমল য়াম্বা পোত্তি নৎত্রে রারৌবিনু।

বুধ—ইঃ তাদ ! য়ামনখ্রেদা কৈদৌনবা। (রাজেন্দা) অতুদি ইবুঙো রাজেন ! ইয়াম্বা য়োরগে, ঙসুমিৎ অসি তারে, গাড়ী নংহৌররোই।

রাজেন—ফ'নি, লেংবিরসি ওঝাবু।

বুধ—গুড্ বাই। (হেণ্ড্ সেক্ট্ তৌনৈ) অতুদি তাদ............।

শাজৌ—লেংবিরসি ওঝাবু !

(থুরুমনৈ, মাইকৈ অমমমদা থোরুখি, কামু তোয়াগী মতুংইন্দুনা থোরকই)

কামু—খুরা ! অসিদগী হেন্না হায়নিংঙাই লৈত্রবনি; মানা ইথৌ থওই'দ্রিবা অসিবু করিনোনে ?

তোয়া—ঙাইখো, ঙাইখো; মাগী মপা খুল্লাকপা অতুগা মমা খুল্লাকপী অতুনদি করি হায়রি ?

কামু—খুল্লাকপগা খুল্লাকপীগনদি ঐবু অসিদগী হেন্না লুনা তৌনিঙাই লৈত্রবনি। ঐতনা মাবু নুংশিমনবা অতুদা রা ফাওবা কন্না ঙাংজবা ঙমদ্রবনিনে। মমা মপাগীদি লোইরবনিনে।

তোয়া—অতুগা ইবো, চাইবী অসিনা তৌরিবা অ'সি খংদেনে। নহান্দো ঐনা মাগী মপুকনিং খংগে হায়দুনা, মাগী মমাংদা ঐনা নুংবু থাগৎপসি, অসিনিসে ইবেম্মা, কামু হায়বা অসি খুন অসিগী যাত্রনিদো, মপাঙ্গল কল্লিদো, মরিন ফৈদো, মপুকচেন ফজৈদো, মাদনিনে খুন অসিদা মতিক চাবা মী হায়ববু। অতুদা মানা, খুরা ! নুংশিবা অসিবু মপাঙ্গল কল্লগা, মরিন ফরগা নুংশিবা হেক্তা যাত্রা ? নুংশিবা হায়বা অসিদি থম্মোইগী থুপলবা অরোনবা রাখল অমনি হায়দোকই। অতুনা ঐসু খংদ্রে, ভাব তাদ্রে, মাগা রা ঙাংনবা অসি ওম্মোকনা লুখ্রে।

কামু—অতুবু করম ভৌসি হায়বগেনে, খুরা তোয়া নংবু। নংগী উপায়দা মঙাইরে হায়বনি। মমা মপাগীদি অসিদগী হেন্না য়ানিংঙাই লৈত্রবনি। ঐস্‌ু মাখোইগী য়ানকা চৎপদা হকচাং অসি কেন্নবনি।

তোয়া—ফরে ইবো! অতুদি হোয়েন নুমিদাংরাইরম অসি ঐহাক খুল্লাকপগীদা লৈরমগে, নহাকস্‌ু লাকউ, মপা খুল্লাকপগী অরেপ্পা রা অমতং খংদোকসি।

কামু—হোয়েন নুমিদাংরাইরম? শোইদ্রেকো খুরা!

তোয়া—শোইদ্রবনি। হেরা ইবো! রারুন্নুদা, মমা মপানা অসি য়োনা য়ারিঙৈদা, মচান্নুপীনা লম পংহেন হেনবা য়াবা হৌনদেদা।

কামু—হোয়নে খুরা, অতুবু খুরা ঐগীদি অরোইবা হায়জরিবা অসিনি খুল্লাকপগী মচান্নুপী চাইবী অসিবু লৌবা ফংদ্রবদি, হে সত্য ঐহাক খুল অসি থাদোক্তুনা চৎলগদবনি, খুরানা কৃপা অমতং তৌবিয়ু।

(কামু তোবাগী মথোং পান্নহুনা শাংদ্রোং শাংনা দণ্ডবৎ তৌহুনা খুরুমই)

তোয়া—এঃ ইবুঙো! ইবুঙো!

[ থাংমৈ মুৎপা ]

———

## ৫শুবা উংপা

## পলেম খুনগী স্কুল

### অয়ুক পুং ৭ তাবা মতম

স্কুলগী কা অমনি, ডেস্ক, বেঞ্চ পরেং পরেং থারি, ওঝাগী টেবল চিয়ার, ব্লেক বোর্ডনচিংবসু লৈ। লম্না লম্না ফান খুদিংদা ধন, মোনো, লেম্বা, পাকচাও, চীংথং, লাইবা, খম্বা, মংলেম্বা, অহনজাও, চেংবা, খোম্বা, নোংঙানজাওনচিংবা ছাত্র কয়ামুক ফমলি। মনিং ইথং থংবা ফান্দা মোনো তুম্লি, অহঙ্গাওনা ওঝাগী চৌকীদা ফম্লি। ধোনো, নোঙাঙ্গাওনা ব্লেক বোর্ড অদু কন্না লৈরগা অমা অনি মশিং থিত্তুনা শান্নরি। অতৈ খরনা দস্তর অদু লংতুনা ফীবুল হাবী শান্নরি। খরনা কাংক্র লান্নরি, মতম অসিদা মাস্তর রাজেন চংলকই, ছাত্র অমতসু হোৌগত্তে, অমতনসু থোৌওইদে।

রাজেন—ইনাওশা! লাংগনু, নফম নফমদা ফম্মুবো। (চৌকিদা ফম্লিবা অহঙ্গাওবু চিংথংলগা) নংসু নফমদা ফম্মুরো, ঐ অমুক ফমগে। নখোইগী রেজিষ্টরবু'ক্ত ?

ধন—কন্নিবো ওঝা ?

রাজেন—নখোই ময়ামগী মিং ইবা, নংিং কৌনবা বহিদো ?

চেংবা—লৈত্রে ওঝা! হান্নগী ওঝা অতুনা শৌর কোম্থোক্লখ্রে।

লাইবা—মচেৎ অমদি উপুদা য়াওখিবনি, ঐ য়েংগে ওঝা।

(চেনা ইয়াও য়াওদবা অমা রাজেনপী; রাজেন য়েংলগা নোকই)

পাকচাও—ওঝা! হয়েংদি ছুটি ওইসি ওঝা।

রাজেন—করিগীনো? হয়েংদি সরকারনা ছুটি থাও হায়বা মুমিত্তি লৈত্তেবা।

পাকচাও—লৈত্রবসু ছুটি ওইসি ওঝা।

রাজেন—করিগীনোনে? অদুগা মরম অদু হায়য়ুদনা।

পাকচাও—ইসঃ ওঝা! হয়েংদি ঐখোইগী খুন্দা অয়ুক্তগী য়াম্না মুংঙাইবা কুম্মৈ অমা তৌগদৌরি। শেনকাসু য়াম্না থাম্নগদৌরি পোৎনি ওঝা।

রাজেন—করি, করম্বা কুম্মৈনোনে?

পাকচাও—ওঝা! ঐখোই খুনগী খুরা তোয়াগী ইরোইগা লৈরোং খুনৌগী শম্ফবগী ইরোইগা রাইনগদৌরি লুপা ১০০।১০০ কা থান্নগদৌরি, অদুগীনি ওঝা।

চীংথং—হায়গুম্মদনা য়ারবদি ছুটি ওইসিবা ওঝা।

(মন্নাম ইরাং শাংনরকই)

রাজেন—ঙাইখো। নখোই পুম্নমক তুমিন লৈরো, ঐ রা হায়গে মুন্না মুন্না তাও। ছুটি থাবা, ছুটি ওইবা নুমিৎ হায়বা অদুদি সরকারনা পিরিবা য়াওশং, কাং, ঝুলোন, দুর্গা পূজা. রথযাত্রা, চৈরাওবা, কৃষ্ণ জন্ম, থৌরানী জন্ম. তর্পোন লোইবা, মহাত্মা গান্ধীগী মপোক নুমিৎ, ভারতনা স্বরাজ ফংবা নুমিৎ অসিনচিংবা ভারত সরকারনা ইতুনা পিবা নুমিং কয়ামরুম লৈরি, অদুগুম্বা নুমিৎ অদুতদা ছুটি ওইগদবনি। ঐনা থানিংই হায়তুনা অমদি নখোইনা ছুটি পামই হায়রগা হেক্তা ছুটি ওইবা য়াবা নত্তে।

লেম্বা—ওঝা! হান্নগী ওঝা অদুদি য়াম্না ফৈবো, ঐখোইনা হায়দ্রবসু মানা মরক মরক্তা ছুটি হেক হেক থাবী।

রাজেন—মাসু ওঝানি, ঐসু ওঝানি, অদুবু মাগা ঐগা শক মান্ন-দবগুম পুকনিংসু রাথলসু মান্নদে। নত্তে মসিগী রাসি ভোক্রসি। ঙসি অসি নখোয়গা ঐগা অহানবা উন্নবা নুমিৎনি।

ঐদি নখোয় ময়াম্বু উবদা য়াম্না নুংঙাইবা অমা পোকই, নখোয়দি নুংঙাইত্রা ?

ছাত্রশিং—(ময়াম) নুংঙাই ওঝা ! নুংঙাই ওঝা !

রাজেন—অদুদি হান্না নখোয় পুম্নমক্কী নমিং অসি অমুক্কং কৌখিগে, অদুগা কোন্না নুংঙাইনা রারি শাসি।

(রেজিষ্টার বুকতা য়াওরম্বা মতুং ইন্না রোল নং ১, ২, ৩, ৪, ৫ নচিংবা মথং মথং ওইনা কৌই। ছাত্র অমতম্নু খুমলকত্রে)

নখোয়বু নখোয়গী রোল নম্বর অমতা খংদত্রা ?

ছাত্রশিং—(ময়াম) খংদে, ওঝা ! ঐখোয়গীদি অহুম্না কৌদে ওঝা।

রাজেন—অদুদি নখোয়গী নমিং অসি অমমম ওইনা কৌরক্কে, নখোয় খুদিংমকনা লাক'চে ওজা হায়দুনা খুমলকউ।

ছাত্রশিং—ফনি ওঝা ! কৌবিরো ওঝা।

রাজেন—খম্বা ! (লাকচৈ ওঝা, মথং মথং খুমই) ধন, লেম্বা, পাকচাও, চাংথং, লাইবা, মংলেম্বা, সনাজাও (লাকতে ওঝা), অহনজাও, চেংবা, খোমদোন, তম্পাকচাও (লাকতে ওঝা), খোম্বা, নোংঙানজাও, মোনো, মোনো ! (মোনো তাদে, হৌজিক লাওবা মনিং ফান্দা তুমহুনা লৈরি, রাজেন মনাক্তা চংলগা) কৈদৌরে ? ইবুংঙো নংদি নারবরা ? (মোনো খুনগী চংনবী অহনলম্না শিজিন্নরকগী মতুংইন্না য়ু থকতুনা স্কুল কারকলমই) হাইসঃ মসিদি মনম অমা নমইনা ! হায় ইবুংঙো, নিপামচা ! নং করি তৌরে।

মোনো—কোক ঙাওদুনা তৌবনি, ওঝা।

রাজেন—করি চারুরবগে, করি থকউরবগে ?

মোনো—অয়ুক ইংমনবা অদুদা য়ুমদগী খজিক্কং থকলকই ওঝা, অহুনা ওইরমাল্লে।

রাজেন—(ফুরিৎখাউদগী রুমাল লৌথোকলগা ছাত্র অমদা) সেঃ নহাক রুমাল অসি ঈশিং লুপলগা থুনা পুরকউ (ছাত্র মন্নাম অত্নস্থ চংশিল্লকলমই) নখোই পুমনমক লাংগনু তুমিন তুমিন্না নফম নফমদা ফম্মু। (মখাম্নক ফমনপ্রে, ছাত্র অমনা রুমাল ঈশিং অরুপ্পা রাজেন্দা পী, রাজেন্না রুমান অতুনা মকোক্তা ঈশিং শুমথবি, মমাইড় নানথোকপি) খরা ফরবরা নহাক ?

মোনো—উম্, খরা ফরে ওঝা।

রাজেন—অতুদি, নমান্নবা অতৈগুম্না নংস্থ চুমনা ফমলো। (টেবিল মনাক্তা চংলগা) ওসি নখোয়গী খুল অসিদা ঐনা ওঝা ওইবা লাকপা অসিদ ঐগী পুন্সিদা ওন্থোকনা অংকপা থৌদোক অমা ওইনা থোকখরে। ছাত্র হায়বা অসিদি দেশ অতুগী, লৈবাক অতুগী, খুন অতুগী তুংগী যুম্বীনি। লমচং, ব্যবহাব ফজবা, হৌন-চৎনবানচিংবা খংবা, হায়ব খুদমশিং অসি নখোইগী মশাদা লেংদনা লৈগদবনি অমস্থং নখোয়গী ফীদমনফম ওইগদবনি। অমরোমদা খুন অসি চাওখৎহনগে মীগা মীমান্নহনগে হায়বদু হৌরক্লিবা ছাত্র ওইরিবা নখোযগী নখুৎতা লৈরবনি। অতুগীস্থ মথক্তা ছাত্র ওইরিবা নখোযনা কৈদৌঙৈদস্থ নেশা চাবা হাযবদি ময়াই কাবা পোং চুরুট, বেড়ী, যু, গঞ্জা, কানি হীদাক কঙ্ক থকপনচিংবা পুম্নমক থাদোক্কদবনি। মতুং অসিদদি নখোই কনা অমতনা ঐগী ইমাংদা চুরুট, বেড়ী থকপা খুনগী চৎনবীনি হায়ডুনস্থ যু থকপনচিংবা অমতা য়ারোইদবনি। স্কুলগী নিয়ম অমস্থং ব্যবহাব হায়বদি স্কুল অমা লৈবগী হৌন-চৎনবী লৈরিবা নিয়মশিং অতু অমতা কাইনা চৎপা য়াবোই। নোম নোংমগী ঐনা লাইব্রিক তস্খবদা নত্তনা স্কুলগী হৌন-চৎনবী পুম্নমক মথং মথং তস্মীপনি। মমল য়ামলবা মীওইবগী মপোক্কপু অরেম্বদা ফত্তবা লমচত্তা ইশাবু ইশ্বানা মাংননবা

শিল্লোইদবনি। মোনো! নং, ঐনা হায়য়িবা অসি ভাব তানা তাৱিবরা ?

মোনো—তাজরি, ওঝা!

রাজেন—নখোয় পুন্নমক ভাব তারবরা ?

ছাত্র ময়াম—তাজরে, ওঝা!

রাজেন—অদুদি নখোয় পুমনমক পুকনিং চংনা তারো, স্কুল অসি ইনৌ নৌনা অমুক মকোক্তগী হৌরসি। ঐ মপান্দা থোরক্লগে নখোই পুন্নমক ভুমিন ভুমিন লৈরো। ঐনা চংলকপা হেক উবনা নখোই পুন্নমক চপ মান্নবা হৌগৎকদবনি, অদুদগী ঐনা ফম্মু হায়বা কান্দা চপ মান্নবা ফমগদবনি, অদুদগী ঐখোই পুম্নমা হৌগৎতুনা, খুৎ লোম্নতুনা জাতীয় সঙ্গীত জন গন শক্কদবনি। অদুগী মতুংদা মিং কৌরগা লাইরিক তম্বা হৌগদবনি। চসি হায়রিবা অসি স্কুল অসিনা লৈরিবা মথৌ কায়দনা চত্থরগদবনি। খংউব্রা ?

ছাত্রশিং খংজরে ওঝা!

রাজেন—অদুদি ঐ মপান্দা থোরক্লগে, হৌরসিকো।

ছাত্রশিং—ওঝা!

(রাজেন মপান্দা থোক্লে, ছাত্রশিং ভুমিন ভুমিন লৈনরে, ওঝানা অমুক চংলকপদা চপ মান্নবা হৌগংলে ফমথরো হায়রুনা চপ মান্নবা ফমথরে, অদুদগী চপ মান্নবা খুৎ লোম্নতুনা জাতীয় শঙ্গীত শকনবা হৌগংলে, ঈশৈ অমত্তম্ন ফাবমত্রে।

রাজেন—নখোই কনা অমত্তম্ন জাতীয় শঙ্গীত ফাদ্রে। ওসিদি ভাবনা অসুম ভারত মাতাবু খুরুম্মসি অদুগা ঈশৈ অসিদি নখোই খুদিংমক্না ফাদবা যাদবনি। ঐ শাজোগীদা লৈ, নখোই মুমিদাংরাইরম লাকউ মাদুদা নিংথিজনা তমসি।

লেম্বা—ওঝা! মখোইদা ঐখোয় মযাম লাকপদা শাওরোইদ্রা?

রাজেন—শাওরোই, শাজো হায়বদু যাম্না ফবা মীনি, নখোইগী খুঙ্গং অসিগী চাওখৎনবতা খনবা নিপান।

(খম্বগী মপা থোংলেন লিচৈ মক অমা পাম্বতুনা হাখু হাখু চংলকই। মনিংদা ফম্ব' মোনো উবদা)

থোংলেন ('ফংনা) মোনো' ঐখোই খম্ব'দি?

(খম্বা মপা উবদা, লেম্ব লান্না চো তুনা ওঝাগী মনাক্ত চেন'শিন্নি)

খম্বা—ওঝা! ঐখোইগী পাবা লাক্লে।

থোংলেন--(খম্বদা) হৈঃ নংোন্দা এনা ক'র হায়? হাঃ? ঙসি মনশেন লেং থোকই, এ চক পুনবা চৎকে নংবু খরা চৎলু হায়বা নত্রা? করিগানো নংনা ইসগুন্দা চৎলম্লিবো। ঐনা মতম মাংনবনি তম্বীরগনু হায়রবমক্তদা, নং মতোইনরা?

(লিচ থাংগৎতুনা ধনকা ভোই)

রাজেন খুরা' অহন' শাও'খনু অমুক্তা ঙাইবাখো অঙাং অসি লাইরিক যাম্না তম্নংবগী মোট লে হায়ব। উই। মারবদি মহাকপু স্কুলগী মতম শাসদাদ কাইখোকপিযু অদুগা নুমিৎ চুপ্পা যুমগা থবক-ইংখানদা শিঁজিন্নবায়ু। ঐসু অশংবা মতমদা মাগী মতেং পাংবা লাকচগে।

থোংলেন—এঃ ইবুঙো ওঝা! করি কান্ননবনো, থবক শিংননবনি মানবু কয়াম্না হেশিল্লগবনো। ঐনা তম্বীরনু হায়দুনা লাইরিক লইসু পুম্নমক ঙশিংদা থাদখ্রবনি, মসিদা মানা লাইরিকসু করিসু যাওদনা, ইসগুন্দা লাংবা চৎলিবনিনে। হৈঃ থোরকউ লাওনে, নং ঙসি মতোইনরা?

রাজেন—(ঘড়ী য়েংলগা) খুরা! হৌজিক স্কুলগী মতমসু লোইগদৌরে, ঐ খুরাগী থবক অদু নংননবা শোয়দনা থারক্লগে। লেংও, লেংও।

থোংলেন—মাংলম্বা শক্লা আমিন ওইবস্না য়ারয়োইদবদা করি কান্ননবা থবক শিংননবা।

(মুক্লম মুক্লম ভাংতুনা থোকখি, রাজেন মুগ্না য়েংহোৱা)

রাজেন—ইনাওশা! খুদম ওইনা হায়রবদা খুনগী অহল লমনশিং অসি থাইনগী ভাবতা অতুম লৈরি। মখোই পুম্নমক অসি নখোইগী নখুত্তা লোইনা তাররবনি। মখোই পুম্নমক অসিবু শিংহন্দুনা মীগা মীমান্ননবা হোৎনবা অসি নখোই নহারোনগী তৌদবা য়াদ্রবা নথৌনি। অতুনা অহানবদা তৌগদবদি অহলশিং অসিগী য়ানবা চৎপা অতুগা মমৈথদা শেংদোরক্কদবনি। অতুনা এখোয় ময়াম পুন্দুনা ছুটি ওইবা, অশং অশংবা সুমিত্তা খুল অসিগী রারবা. থবক কল্লবা অহল লমনশিং অসিগী য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা চৎতুনা থধক শুবীরুসি, মতেং পাংবীসি। মতুদা মখোইনা হরাওতুনা পিরকপা পোৎচৈ অতুনা য়োম্থোক্লগা সংখ্যু ওইনা থম্‌সি মতুনা খুনগী শেমগৎ শাগৎপা, কান্নগদবা হীরম কয়াদা মতেং পিসি, স্কুলগী নখোই ময়ামগী ফুটবোল, হোকিনচিংবা শান্নপোৎ লেসি, লাইবিক লৈসি, পানবা খবর লৌসি।

ছাত্রশিং—মতুদি য়াম্না ফৈ, ওঝা! তৌসি ওঝা!

রাজেন—অতুগা নখোই ময়ামদা এনা হায়নিংবা, খ্বাইদগী পামবা অমতংগা ...... .. ।

ছাত্রশিং—করিনো ওঝা! তাকপিয়ু ওঝা।

রাজেন অসিনি, নখোইগী অহল লমন্দা পৈশা থাইরুরবদি শাওরক্কনি অদুগী মতুংতা এখোয় ময়াম নহারোল মরুপ হায়বা অমা লিংখৎসি। এখোয়না স্কুল কারকপা মতমদা চেং মুট অমমম হায়রবদি খুৎনা অস্থমনা পাইশিনবদা য়াওবা থরদং অতু

পুনয়কসি, মতুনা পুসিল্লগা খুল অসিগী লৈতবা লাইরবশিংদা অতাবা অহোংবা মমন্দা য়োল্লগা অফংবা পৈশা খরদং অতুনা লাইরবগী শেঙ্গাও হায়বদি লাইরবশিংগী মতেং পাংনবা ওইনা থমশি। ঐদি মাসি পামই, নখোয় য়ানিংদবা য়াওব্রা ?

ছাত্রশিং—ঐখোয়সু পামই ওঝা, ঐখোয় লোইনা য়াজরে, ওঝা।

রাজেন—অতুদি ঐ ঙসি কাংচুপ চীংখোংদগী খরুং অমা লৈরুগে হয়েংদগী হৌরসিকে।।

ছাত্রশিং ফৈ ওঝা !

রাজেন—অতুগা নখোয় পুন্নমক অসি ক্লাস ৮ পাস তৌতুনা থ্রী কারবনি। অতুনা অঙাং ময়ামগা পুল্লগা তম্বগী মহুংতা এল, পি, হায়বদি অহানবদগীনা মঙাশুবা ফাওবগী স্কুল অমা অতুগা ইউ, পি, হায়বদি ৬শুবা, ৭শুবা তম্বগী স্কুল অমা তোঙান তোঙান্না খাইদোক্লগনি। নখোই ইউ, পি, য়োরবা মখৈদি অয়ুক পুং ১০ ভাবদগী স্কুল হৌরগ। পুং ৪ দা ছুটি ওইরগনি, অতুগা অঙাংশিংগীদি মহৌশগী অতু অতুম্মক কায়দে।

ছাত্রশিং—অতুদি ওঝা ঐখোয় চাক চারগা কারকপা তারেদো।

রাজেন—মানি, নখোই লোইনা চাক চারগা লাক্কদবনি অতুগা নখোই পুন্নমক শেংনা ইরু-মাইথতুনা লেজবা ফীরোন অতু লুনা লান্না শেৎতুনা লাক্কদবনি। লু-হেনবা হায়বা অসি হকচাং ফবগীসু মরম অমনি।

ছাত্রশিং - ওঝা। (মম্নাম হরাওতুনা খুবাক খুই)

(মপান্দা পুং ভাবগী কাংশি য়েরকই)

রাজেন—ঙসিদি পুং ভারে, অসুন্নাইদা অসুম ছুটি ওইরাস। হয়েং ওন্না ওন্না কারকউ।

[ থাংমৈ মুৎপা ]

## ৬শুবা উংপা

### ইম্ফাল।

### রাজেনগী য়ুম (মাঙ্গোল)

### ফুমিৎয়ুংবা মতুং পুং অমা তাবা মতম

[রাজেনগী মমা মাধবী, মতম কুইনা মচা উরক্তবা অতুদা পুক্নিং ফুংঙোন্দুনা চিন্তা তৌতুনা লৈরমই]

মাধবী - (স্বগত) ইমাগী রাজেন! নংবু করম তৌরিগবা? কুইরেদকো ইমানা নংবু উদবা! নোংমগী মতুংদা মিকুপ অমতং উদবদা ইমানা লৈফম খংদবনিকো। হায়না হায়না থা ফাজিল্লক্লে-দকো। ননা নপাও অমতসু তাদে, ইমাবু করম লৈরসিগেনে? ইমানা নংবু ফুমিৎ থা য়েংবগুম য়েংতুনা লৈজবনিকো। হা গোবিন্দ ইবুংঙো! ননাই ঐহাক্কী মরাইবক থীরবা ইচাদো মতম পুম্নমক্তা মঙ্গোল ওইবা পিনবীয়ুকো ইবুঙো!

(পলেম খুনগী শাজৌ চংডুকই)

শাজৌ - করিগুম্বা অমতা হংজগেবা।

মাধবী—করিনো ইবুংঙো?

শাজৌ—রাজেন বাবুগী য়ুম্বু অসি ওইয়বরা?

মাধবী—মানি ইবুঙো, করি হায়বগে?

শাজৌ—ঐহাক পলেম হায়বা খুন অতুদগীনি, রাজেন বাবুনা ইমা-থোই করম করম তৌরিবগে অমুক্তা য়েংলকউ হায়তুনা ঐ চংজরকপনি। অতুগা চিঠি অমসু পিরকই।

মাধবী—এঃ অতুদি ইবুঙো! ঙক্তা ক্তা ফম্নীখো, ইতৈমা ফিদা লৌথোক-লুথিগে। ইবুঙো করি হায়রকই, ননাও অতুদি করম করম ভোহৌই। ঐদি মাগী না মপাও ভাবা ফংদবা অসিদা ওম্থোক্লা বানা লৈরবনি

শাজো—রাজেন বাবুগীদমক্তা করি অমত্তা রাবিকগন্থ ঐগীদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈ। থোইদোকপা খুদেং চাদবা অনা অয়েকচিংবা অমত্তা লৈতে।

(মতম অসদা শান্তা মংগীদমক লাইদা তুলসি পত্র লৈনচিংবা কংলুবদগী নিম্মলনচিংবা পুশা হনকই)

মাধবী—শান্তা! নবংগী চিক লাকইনই। (শান্তাদা পি) (শাজোদা) ইবুঙোগীদা লেবোই বাকা ন ডুইবন শান্ত! চংলু, চংলু নবুং অসিগী হাদাক চাংক অনতা হাল্লকউ ইবুঙো নাগী চাবা থকপনচি বদি নবং নবন ভীরিন ঐগী ইচাদো পংবনিকে, মানা লাংশ কোঙ্গই লৈবরম্ভ নাখোই খুইনা ঙাকপিয়ুকো। ইতৈমা দিনে চ পংবা অসিদা চাফম থকফংন্থ খংদ্রে: নুমিৎচুপা কপত্নত লববনি।

শাজো—রাজেন বাবুগী চাবা থকপনচি বগীদমক্তা করিমত্তা রাবিকগন্থ, কবিমত্তা রাংপা লৈতে। ইচমাগীদ অমত্তা ঙাইবা নচা নিপা রাজেন বাবু লৈতবা অতুদ নুংঙাইবমদবা যাই অতুগা রাজেন বাবুনা ঐখোইগী খুন্দা ওবা ওইবা লাকপা অসিদ তাংলবা মনি ফংনপুম্বন ওংঙাকনী লাইবক ফংগু

মাধবী—কদাইদগীনোদা ইবুংঙো. ভাব ভাঙ্গিবা ইঙাও ঙাওরিবা অঙাংনি, ইবুংঙো থোইনা নুংশিবাবুগী পংভাক তাকপিবনি। (শাগানা হীদাক পুথোরক্তুনা পাব) খুদাং অসি ফানবিয়ু।

শাজো—(হীদাক লৌরগা) ইতৈমা। রাজেন বাবুদি ভাব ভাঙ্গিবা, ইঙাও ঙাওরিবা মী নত্তে। অঙকপনি ইতৈমা! নগা নিপাগী

খোরাং অসিদি! নোংমগী মনুংদা মিকুপ অমত্তবু পোথাদুনা লেতে। লাইরিক ওঙ্গীবা লোইরে খুনগী থবক্তা ময়ামগী মতেং পাংবা, অফ-ফত্ত পুন্সমক তাথোক তাশিন তৌবি। রাজেন বাবুনা হৌজিকপু এখোইগী খুল অতুবু ইনৌ নৌনা শেমগনি হায়রিনে। চাংথোক শকতোরকই মী পুন্সনকনা লৌনিংইদো, তানিংইদো। এখোইগী খুন অতু রাজেন বাবু লাকপদগী মওং অমা তোরবনিনে।

মাধবী—খংদ্রেদা ইবুংঙো, মানা তৌরিবা অতু কনাগুম্বা তাথীবা মী মাওরনতুনা এ ওস্থোক্লা নুংশাথিখ্রে।

শাজে—এঃ করমতা নুংশা থিবিগনু এখোই খাই অম্তুক য়াম্না লৈরবা অসিদি।

মাধবী—এয়নে ইবুংঙো! অতুগী এখোয়দা লাকপদি করি হানি, করিনা সেবা তৌগনি? প্রসাদ তৌরব্রা? চারক্ত্রবদি নচনবু খোনাং তৌহনগে।

শাজে—এ চক চারগা লাকচবনি। য়াম্ন নুংঙাইজরে, করিমতা তৌবারগনু। ২ জন বাবুগী মুগ খংব, অসিনা অমদি ইতৈমা-খোই খাইগী শক খংনবা ফংবা অসিনা খাইদগী হেন্না নুংঙাইজরে।

মাধবী—অতুগা ইবুংঙো, মাগী চান-থক্লবা পোৎচ খরদং হাপচগে হায়ববু ইবুংঙোদা য়াম্না হানা থোক্লগদ্রা?

শাজো—এঃ করিগী হারগদগে, ইতৈমা! এ পুজাখিগে। (চংখি)

(শান্তানা লাইরিক মরক্তগী চিঠি অমা পুথোরক্লগা)

শান্তা—চিঠি অসি তামোদা খরা পিবিয়ু।

শাজৌ—ফনি ইবেম্মা, অদুগা নংগী তামোনা পরীক্ষা হৌরবরা হায়দুনা হংলকই।

শান্তা—হৌদ্রি লাক্লিবা তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিত্তগী হৌগনি হায়না তম্বীয়।

শাজৌ—অদুগা ইবেম্মা! অতৈ কবি করি তামোদা হায়গদবা লৈবগে?

শান্তা—থোইদোকপা লৈজদ্রে। মরোল পুম্নমক চিঠি অদুদা ইজরবনি।

মাধবী—(পোংয়োম মচা অমা পুথোবকতুনা) ইবুংঙো! অসিদদি পাই-বীখো য়ারৌবিগন্নুকো।

শাজৌ—করিগী য়ারৌরুগদগে।

মাধবী—ইহেঃ ইহেঃ ইবেম্মা! নং ঙসাইগী লাইগী নির্ম্মল অদুগী খরা পুথোরকউ নবুংগী হাপথিসি। (শান্তা লৈস্ম পুথোবকতুনা মমাদা পি) সে ইবঙো! অসিদগী মরিৎথাওদরা করিদনো খরা হাপ্লীখো। নংগী ননাওদুদা ইমানা পিরকপা লাইগী নির্ম্মলনি হায়দুনা খরা পিবিয়ু (শাজে লোই)

শাজৌ—ফরে ইতৈমা! অদুদি ঐস্মু চৎনবা তৌজরগে, নুমিৎ অসি ফনা য়াম্না থেংলম্লগনি।

মাধবী—ইতৈমস্ত অস্নুরাই ফাওবা থিন্দোক্কে।

শাজৌ—(শান্তাদা) ইবেম্মা! চৎচরগে।

শান্তা—ফনি তাদা লেংবিরো।

(মাধবীনা পোংয়োম অদু পুরতুনা শাজৌগা য়ারী শারা শারদুনা থোকখি। শান্তা মবুংনা পিরকপা চিঠি ফাক্তোকতুনা পারি।

## চিঠি—

তাং ৮। ৩। ৫৮ইং
পলেম খস্তি।

শান্তা! ইবুনা নংঙোন্দা খংহনখিবনি। এহাক স্কুলগী থবক হৌরে. ঙসি ফাওবদি য়াম্না নিংথিনা চপ্থরক্লি অদুবু অঙকপদি খুল অসি ইশাল সহরদগী প.লাগ লাপ্লগ্ন নত্তে অদুবু চাওখৎপগী খোং-থাংদা ভাব ত ব। শাংলিবা খুল অনা গুইরম্রে লম্মী থোংঙ্গ লৈতে, খল অসিদা .া চ বগ্ন তাথি এগী পুক্লিংন লাইরিক তম্বীবতা নঙনা যাম্না তন্নবিব খল অসি হারন খুদিংমত্তা য়াম্না চাওখংহন্নিংই। অদুনা এহাক এগী চঠি অমা মখইগী মতম অসি লোইদ্রিবা ফাওবা মরক্তা চটিনচিংবদগ্ন এ লাকপা ঙমলোইদৌরি। নহাক ইশাব মারাইবা য়াদে মতম মাংহনগন্ন, লাইরিক কন্না পাও, ৎত্তায়না চিঠি ইরকউ ইাং—

নহাক্কী নবুং –
**শ্রীরাজেন্দ্রকুমার সিংহ**
তাং ৮। ৩। ৫৮ইং

(শান্তা ম.' লাইরোই তাযবগী থুংগ্রাইতবনা মাইথোং লাংশিল্লি)

[থাংমৈ মুৎপা]

---

# ৭শুহা উৎপা

## নুমিৎ মুংবা মতম
## চিঙ্গোলগী দৃশ্য

[লোইবী চীংগী হায়থরকপা নাপোম কয়ানা শাংথ-লেংথা লোইরোই ইনখ্রি। মাক্লুং তুরেন্না চীংখোং চীংয়া নকযানা নুংগাইরক্তা থেক্লা খোইনা চেনথরি। নিংথম কান্নী ওইবনা উপাল রাপাল পুন্নমক মথাক লোইনা উরমই। যাহৌঙনবী শিঙেন লৈরাং কয়ানা শজিবু থাবু ঙাইঙমদা লৈরাং লৈশাৎ তম্নরি। লোইরোই খোন্না নুংশিৎকী শউমলক্তা, রাজেন মথুক্তা থাংজো পায়রদুনা লোইরোইবা নাপোম অমগী মযাদা শিং চল্লমই। শিংবুন অদু শেন্না লোইরদুনা মথন্তা খোংগৎনবা হোৎনরমই অদুবু মথন্তা খোংগৎচবা ঙম্মদে, লেংবান ফাওবা যোবা' রারে। অসুন্না থাঙ্গৎলা থাদরা হোৎনবিঙেদা পলেম খুনগী খুল্লাকপগী মচানুপী চাইবী, মপুং-মবৈ যারবী, শক্তা-চপা লম-য়োবী মতারোই শিংদগী মাংজোনা, লোইরোইবা নাপোম অদুদা তপ্না তপ, কুমথরল্লমই। রাজেনগী মতৌ উবদা লোল্লা থিক থিক নাল্লমই। যেংনা ঙমদ্রদুনা থুনা য়াংনা অরোনবা খোংথাংদা লাক্লুনা, শিংপোং অদু থোঙ্গৎপা পায়রমই। রাজেন ঙকপা থেংখ্রে, উন্নুংগী লাইরেম্বীরা খনখ্রে]

রাজেন—(শিং অদু থাদরগা) নহাক কনানো ?

চাইবী—ঐনা পাইববু মাংবরা, শিংবু মাংবরনে ?

রাজেন—মাংবা শেংবগী রা নত্তে, ঐনা থংনিংবদি নহাক কনানো হাযবনি ?

চাইবী—মদু থংলগা করি কান্নগনি ? লৈশাবী, চীংয়াদা শাৎপী লৈরাংগুম, লরাইদা পোকপী চনুনি।

রাজেন—অদুক য়াম্না চাওথোকপা ? ঐঙোন্দা নংগী নমিং তাকপদা করি অকাইবা লৈ ?

চাইবী—কাইদেয়ে, অদুবু ইম্ফাল মচাদা মিং তাক্লগা করি কাম্নগনি ?

রাজেন—হেঃ হেঃ খংনিংদুনা তৌবগী হায়বনি

(মঙম অসিদা ঙসাইমথৈ লোম্না থুপতুনা য়েংলম্বা চাইবীগী মমান্নবী চংনিং, জেম্বী, ইঙেম্লে, থাবল্লৈ-নচিংবী লৈশাবী মগ্নাম অদু থাংবা ঙম্‌দুনা নোকথোরক্লে। রাজেন, অতৈসু লৈরম্বা অদুদা ইকাই ইকি য়াম্নগা তৌফম খংদদুনা লৈরিঙদা)

চংনিং- (ঙংলোমদগী) ইতা ! মীনা অসি য়ৌনা খংনিংলবদি খরা থিং হায়দোকপিথ্রোদনা।

রাজেন—খংলে, মাকলং তুরেলগা ইচেনসে থেকনা থোইনা চেল্লি, অদুনা লমদম অসিগী লেশাবীশিংগী থম্মোইসু লোথুপ লোকোই লৈবী ঙাক্কনি।

চংনিং—অদু য়ৌন রারৌবিরবদি, ঐ তাকচগে, তাদা ! পলেম খুনগী খুল্লাকপগী অমতা পোকপী মমোমনে। মমিংনা চাইবী।

রাজেন—(শংত্রিক য়েংই) চা ই বী !

চাইবী—(মাবু কৌবা ওইরবোই নিংদনা) অমুক থোংগৎপিরোরা ?

রাজেন— খুমফম খংদনা) উম্!

ইঙেম্লে—(চাইবীগী মথুং ফাবগা) ইতা থোংগৎলুনুদা, পাখংনবু অসিবু পুব ঙমদবা হৌনব্রা ?

থাবল্লৈ—হোইনে, পাখংনবু। অদুগনে ইতা ! ঐদি ইম্ফাল মচানা অসিদা লাকলগা শিং চল্লরিবা অসিনবু থেইনা ঙকখ্রে।

রাজেন—এসু অসিদা লৈবব মানি। থোইনা ঙকলুগনু। শিংদুন অসি ঐগী পঙ্গন্দনী খরা হেনখ্রমাল্লে, ঐঙোন্দা খরা রানা থোক্লে।

চংনিং—অদুবু করিগী অদুক য়াম্নদ কোলৌ কারামই, ঐখোই লাক্লমদ্রবদি কমদৌনি ?

রাজেন—লাকলমদ্রগসু ঙমনবা হোৎনগনি।

চাইবী—অতুক য়ামনা রানা হোৎনগদবগী শরুক ঐখোইদ। লাকউ লেমনা পিবিগে।

রাজেন—ঐ মীগী মপোৎ অরেম্বা পামদে, ইমানস্থ য়াদে।

চংনিং—হোয়, হোয়! মীগী মপোৎ অরেম্বস্থ পামদবা, ইমানস্থ য়াদ্রবদি, নুমিৎ খুদিংগী অসিদা শিংজনবা হেক লাকউ; ইতা চাইবীস্থ থোংগৎনবা হেক হেক ঙাইহল্লমগে।

(ময়াম নোকই)

চাইবী—ইতা! নখোয়সিমা।

ইঙেল্লে—শাওনুদা ইতা! থৌদোক মতানা হায়বনি।

রাজেন—ফরে, মীচং কনবনা অচুম্বা শকহৌরো

(রাজেন্না মাগী শিংপোং অঙগী মনাক্তা চংশিন্দুনা অমুক থোংগৎনবা হোৎনৈ, ঙমদ্রবা অতুদা লৈশাবীশিং অঙগী মরক্তা থাবল্লেনা চাইবীদা)

থাবল্লে—(চাইবীদা) ইতা! ঙমদ্রমাল্লে চংও, চংও থোংগৎপিরো।

চাইবী—নখোয় ময়ামস্থ লাওদনা।

(ময়াম চংঙনা থোংগৎপিরব থবা চংজগা বাজেন্না)

রাজেন—লৈশাবীশা! নখোয়বু অমুকস্থ উনবা ফংগদ্রা?

চংনিং—ফংলোই হায়রগা রাগনি, উন্নগনি হায়রগা হরাওগনি নত্রা? রারুনুদা নি বু নিংবিরবদি তত্তনা উন্নজগনি।

(ময়াম নোকই)

(রাজেন তপ্পা তপ্পা চৎপা হৌই, মরক মরক্তা চাইবীবু মুন্না য়েংই। চাইবীস্থ মতা ময়ামদগী থোরক্কুনা মুন্না য়েংই, চংনিংনা চিংহুনা পুথি)

[থাংমৈ মুৎপা]

INTERVAL

# অনিশুবা অঙ্ক

## ১শুবা উৎপা

### নুংথিল

### পলেম খুনগী খুল্লাকপগী য়ুম

[খুল্লাকপগী মচানুপী চাইবী চরা হেনবগী মশা চোকথনা মথরাই নুংঙাইতনা থোংজিন্দা ঙাড়ুনা লৈরমই, মপা খুল্লাকপনা চাক চারো হায়দুনা মচা নুপিবু থেনলি]

খুল্লাকপা—করিগীনোনে নংনা নন্নুং অস্তুক য়ামনা কনবা শারিবা অসিবো ? নমানা হায়বা য়াদ্রবস্তু এনা হায়রবদি মচারোদনা। শাওনিংবগী ননিং থুংদবগা নোং ফাদোক চরা হেল্লবস্তু নুমিৎ নিনি শুজিল্লরেদনা। নশা অদু য়েংবা য়াশিল্লক্ত্রে মচারোদনা। এনা হায়বস্তু ইল্লরোই হায়রিবরাও ?

(তোষা, কামু যাত্রাগা লোয়ননা চংলকই)

তোযা—করি তৌরবগে, ইবেম্মবু চৈরিবা অসিবো ?

খুল্লাকপা—চেবা নত্রেনে তে যা ইবো! চাক চাও হায়দুনা থেম্ম-রিবনিনে।

তোযা—চরা হেল্লিবরনে মাব ?

খুল্লাকপা—ইবংঙো! হেল্লিবনিনে হেল্লিবা। ঙসিদা নত্রেনে ঙন্নাংদগী চাদ্রিবনি। নুমিৎ নিনি শুজিল্লক্লবনি।

তোয়া—অদুবু করি ননিং থুংদদুনা তৌরিবনোনে ? নুমিৎ নিনি শুনা চারক্ত্রবদি করম তৌনি।

(চাইবী সম্যাগ্রহ তৌগ্রে, চরা হেনগ্রে ভাবদা কামু যাত্রানা হাৰৈ)

খুল্লাকপা—অতুবু করিনো মানা মনিং থুংদ্রিবা অতু হায়য়ুস্তু য়াদবনিনে মাসিদা ঐ তৌফম খংদ্রবনিনে। মতোমতনি হায়দুনা থরা কেথোক্লা য়োকপদগী ৫ ওস্থোক্লা রাগদৌরিয়ে।

তোয়া—ইবেম্মা! পাবনস্তু অসি য়োনা হায়রবদি চারোদনা নত্রগা নংনা ননিং থুংদবা মরম অতু হায়রোদনা?

চাইবী—নহান্না হাযরবনি, মীনা হায়বদি য়াদ্রগা।

খুল্লাকপা—করি! মাসিবু ঙাওত্রা করিনো? ঐনদি অস্তুক য়াম্না তাশিন খোমজিন্দুনা হোৎনরি অতুগা মানা লেম্না পিথোক-খ্রোগা, য়েস্থোকখ্রোগা। পুম্নমক অসি মাগী ঙাক্তনি হায়বা খংদমাল্লেনে মাসে।

চাইবী—ঐ পামজদেনে, ঐগী ঙাক্তনি হায়রবদি, ঐনা হায়বস্তু খরা য়াবীয়ুদনা।

তোয়া—করিনোনে ইবেম্মানা হায়রিববো?

খুল্লাকপা—হেরা ইবো' অসিনিসে, ঐগী কোত্তা পৈরিবা ফৌ-লুং অসে খুঞ্জাশিং অসিদা লেম্না য়েস্থোক্লে। হায়য়ে, মাসিবু করি ভাবনো খংদ্রেনে ইয়াম্ববো।

তোয়া করিগী লেম্না য়েনগদৌরিবনো, অতুনা কর কান্নগদৌ-রিবনোনে?

চাইবী—খুরা! কুমসি লোকপতনা ফৌপোৎ ৪০০।৫০০ হেন্না লৈ, হাকুমগীস্তু ৪০০।৫০০ হেন্না লৈরি, হাকুম অমগাস্তু লৈরি, অতুদগী হেন্দোক্তুনা চহি তরুক শুরবা ফৌনা কোৎমাই চোন্না লৈরি। ঐখোইদদি অস্তুক য়াম্না পৈশিল্লগা খুন অসিগী লৈত-লাংরবা, লুখ্রাবী, অশোন অনাশিংনা চানিংঙাই লৈতদুনা কয়া রানা চরা হেল্লিবা, মাখোইদা অতাবা মমলদা পৈশ। থরা থরদং লৌরগা পিথোক্লবস্তু নত্রগা লেম্না য়েনবীরবদি

কয়াদা মহৈ ওইগবা। অদুদি নত্তদুনা মাখোয়দগী লৌশিন-গদবা পেশিনগদবদা হোৎনৈ. ঐদি মাদু পামদে, ঐদি হায়রীবা অসিনি ঐনা হায়জবা য়াদ্রবদি মাখোয়না চাবা ফংদ্রিবা অসিগুম্বা ঐস্থ চারা তেন্দুনা শিরগদবনি।

খুল্লাকপা—তো অসিদনিসে। নংবু ঙাওরবরাও? মাখোয়শিং অদু শুনিংদবা নোমনিংদবদগী মথিবোং চরা হেল্লিবনিনে। হান্নগী অতোনবা ফাওবা পিবিদত্রনা থৌনবদা অসি য়ৌনা রানরিংঙ অসিদা. ইসঃ করিগী মখোইবু লেম্না মথিবোং থাকচরুগদগে। কান্নদে. কান্নদে অদুগী মহুত্তা নংনা ননিং থুংদবা অপাম্বা অত্তুতা ইপাদা হায়য়ু। সনা শাও হায়ব্রা, ইম্ফালদগী ফজবা ফীগোন নংনা অপাম্বতা লৈহল্লু হায়ব্রা?

চাইবী—ঐ করি অমতা পামদে, করিস্থ লৈবিন্থ। ঐনা হায়রিবা অসি নত্রবদি ঐ স্থকয়া য়ারোই, কারমতা চারোই, থকওই।

খুল্লাকপা—তোয়া ইবো! নখোইস্থ খন্দুনা য়েংউ, করিনোনে অসিদা ঐনা তৌগদবা অসিবো? ঐ খংদ্রেনে।

তোয়া—নত্তেনে ইবেম্মা! নংগীসিবু কনানা করি হায়রক্তুনা তৌরি-বনোনে? য়েল্লবস্থ য়েনশি. মরমতুদদি অমুক্তং হায়য়ুদনা।

চাইবী—মরম হায়ববু খোয় ইমান্নবী ময়াম ওঝা রাজেনগীদা লাইরিক তম্বা চৎলি, অদুদা ওঝা রাজেন্না ঐঙোন্দা লংনৈ। নংদি খুল্লাকপগী মচা নুপীনি, নিংথৌগী মচানি। সনা, লুপা, ফৌচেং, মরন থুম য়াম্না লৈবিনি. ইনাক খুনবীনি অদুগা মশাগীদা য়েংবা মীনুংশিং খংদবা মীনি। খুন অসিগী রাব্রবা লৈত-লাইরবা অশোন অনাশিংনা চরা হেনবা উরগা স্নুংঙাইবা ঙম্বীনি হায়রকই। ঐ মাগী মমাংদা য়াম্না ইকাইজে, মাগা উনবা ঙম্মরোই।

খুল্লাকপা—তোঃ মসিদনিসে ঐনা প্রান অসি প্রোক প্রোক চাকইবা। তোকপিরো, তম্বিরম্নু চৎপিরম্নুনে, লৈশাবী বোরোবী ঙাক্লো হৌজিক লাইরিক তমলগা কৈদে দোরিবনো? নত্তে, তোয়া ইবো! মথিবোং চানিংঙাই শতত্তুনা খুন অসিদা ওন্না ওইবা লাকলে, অত্তুগা মাগী মথৌ, অঙাংশং লাইরিক তম্বিগেদি হায়দ্রদন মনা খুন অসিদা অমদা কক্ অমদা কাক্ তৌরবা অসিবু করিনানোনে খুন অসিগা ইচা ইনাই অমতম্মু হাংবা ইনশিল্লক্ত্রে, য্যবং র লেরক্ত্রে। অত্তুদগা হেন-দোকত্তুনা এগী ইমুং ফাওবা যৌশল্লবনিনেসে। ফংদগনি মা এগী খুত্তা অমুক্তং তাবকখিনিদনা খুন অসিদা না বয়া কইনা লৈবা যাবগে যেংসি হাংবা।

তোয়া—অচুম্বনি, খুল্লাকপা! ঐহাকম্নু মানা তৌরবা অসি য়েংগে হায়ত্তুনা ঙম্নুম যেংইবনি। খবা তোরা মিটিং, খরা তৌবা ব্রাতান্নবা, হা শেমগৎপা, শাগৎপা অমুক্তোইনা লোইরে, মানা খুন অসিদা তৌশিল্লকইবস। এম্নু নাংমদি মা অমুক্তংদ হায়ত্তুনা শিংত্তুনা লৈরবনি। নাংমদ মা শোইদনা মহোক চরোইদৌরিবনি।

কামু—হেরা মানব পহেন হেঞ্জিল্লকপা যাত্রা, অমুত্তং পাইশিনবদা লোইগদবা মগুম্বা জীবনবু অত্তদা নানা লৈইবা হাযববু মনা হেক হায়বগা হোয় হোয় হায়ত্তুনা য়ারিবা এখোযগী খুঙ্গাশিংসে অসিনা হেন্না ঙকখ্রেনে এদি।

(চাইবীনা থানা যেংই)

খুল্লাকপা—হেবা কামু ইবো! মতম লাকখিনিদনা, মা কদাইদা লিংপগে যেংসি হায়বা। হৌজিক হৌ গৌ চোংইবা খুঙ্গাশিংসে অসিম্নু মঙাই, মথিবোং মথিবোং অত্ত থবৎ থবৎ হেক ককথৎপদা, নোংঙানবা ঙাইঙমদনা, খোংদা কোন্দুনা নে নে

তোঁৱখিগদবনি, মতুদা মাগী মিটিং কাটিং মী খোম্বা অদু য়াত্রা য়েংসি হায়বা।

কামু—মাগী মখুনসু নত্তবা, মানা চান্নসু লৈবা য়ারোইদৌবা ঐখোইগী খুন অসিদা মানা মথরাই অসুক য়াম্না য়াওনা হোৎনরিবা অসিবু করিগীনোনে ?

তোয়া—টাউন মচাগী হৌনবীনিনে, হয়েং মমৈথংদা করি করি খরা পুবা য়াননবা মতাং তৌশিন্নরিবনিনে।

কামু—ঐখোই লৈরিবদবু মানবু করি পুবা ঙমগদগে, মশা শাগন অদু প্রোক প্রোক থুদেক্লগা লবুক্তা হেক লংথোক্লগা লোইরেদনা।

(চাইবী শাওনা খানা লেংই)

খুল্লাকপা—অদুনি ইবো ! ঐসু খোইদৌ অসে নেম্বা য়ারক্তবা কুইর-পোৎনি ইবো। অসিগী মথক্তা অমুক ঐগী ইচান্নুপী অসিনা তৌশিল্লকইবা অসিনিসে। (চাইবীদা) ইবেম্মা ! নং ইপানা অসি য়ৌনা নুংঙাইত্রিঙৈ অসিদা ইপাবু অমুক ওৎলগন্নু। য়েংওই নতা চংনিং অদু কৌবিরুগে, মাগা লোইনবা ইপাগী মাংদা হরাও হরাও অদুক চাথোকউ। তোয়া ইবো ! নখোই ময়ামসু চংদুনা খরা হায়য়ু, ঐ মতা চংনিংদু অমুক্তা কৌবীরুগে। (থোকখি)

তোয়া—ইবেম্মা ! য়েংউ পাবা অসি কয়া মথরাই নুংঙাইত্রবনো, খুঞ্জাশিং অসিনা মপুক অমা তোঁরকপনে করিনে, ইবেম্মনা অমুক্তা অদুম তোঁরবদি লৈফম খংঙরোই। ননিং খুংজবা পুন্নমক ঐখোই খ্বাই লৈ, খ্বাই চংদুনা হোৎনগে, হরাও হরাও চাক ঈশিং চাথোকও, ঐখোই খুল্লাকপগী মতৌ অসি য়েংবা ঙমত্রে।

কামু--হোয়নে, ইবেম্মা! শাওবা ওকয়েদা, নিংথিনা চাক-ঈশিং চাদুনা হন্নাও হন্নাও লৈরগা ঐখোই খ্বাইস্থ মুংঙাইগনি।

চাইবী—(শাওনা) তাদ! ঐ অঙাং নৎচদ্রে। ঐবু মুংশিবিন্নবদি ঐবু থেম্বীবগী মহুত্তা ঐখোয়গী পাববু নিংথিজনা থেম্বীতুনা নচন্না নিংইবা অসি থুংহনবীয়ু। মদুনা হেন্না নচন্না থাগৎচগনি।

(খুল্লাকপা চংনিংগা লোইননা চংলকই)

খুল্লাকপা—সেঃ সেঃ পুবিরক্লবনিসে, নতাগা লোইননা ইপাগী মাংদা অতুক চামিন্নরু।

চংনিং—ইতা! করিগীনোনে নংনা চন্না হেল্লিবা অসিবো? নংনা হায়নিংবা কোঙ্গাই লৈরবস্থ পাবনা করিস্থ য়াদবা তৌরোই করিগী চন্না হেল্লুগদগে। ফত্তেসে চংঙসি লাকও ঐগা হন্নাও হন্নাওনা চামিন্নরুরসি।

চাইবী—ইতা! নহানগী থৌদোক অদু উবদগী ঙসি ফাওবা ঐহাক চাক লামদ্রি। নতাগী নিংবা অসিতদি কাইহনবীগনু।

খুল্লাকপা—করি থৌদোকনোনে মানা হায়রিবা অতুবু? সত্যা! ঐ শিনিংঙেদকো।

চংনিং—পাবা! সিনিসে ঐ হায়গে, নহান ঐখোই ময়াম ওঝা ন্নাজেনগীদা লাইরিক তম্বা চৎলুবদগী হল্লকপদা, অন্নাং খুন্দোন্দা লৈবী চাওবী লুখ্রাবী অদুনা চানিংঙাই লৈতদুনা মঙে থক থক নিক্লদুনা লবুক্তুগী ফৌ মরু মরু খুলহৌয়ে মাদু উবদুদা ইতানা মুংঙাইতদুনা তৌন্নিমাল্লে।

খুল্লাকপা—অদু মানা মুংঙাইতে, মুংশি হায়রগা ফৌ শংবাই অমা করি অমা থিনবীরুরগা লোইরেদনা। ময়ামদদি করিগী য়েনদৌন্নিবা?

চাইবী—মাদা নত্তনা খুন অসিদা চাবা ফংদবা লৈত-লাইন্না অশোন অনা কয়া লৈ হায়বা অসি ঐ তশেংনা থংই। অদুগীস্থ

মথক্তা ইপাগী ময়নবু ইনিং তৌনা শিজিন্নবা ঙমদবা ঐহাক অসি মাখোইগুম্বা অমনি হায়না লৌবদা কন্নিসু চিংনন্নিংঙাই লৈতে ইতা ! নংসু খন্দুনা য়েংউ।

চংনিং—পাবা ! ইতা চাইবী চরা হেল্লি হায়বা অসি ঐ ঙন্নাংনা • খংলবনি। ইমা খুল্লাকপী লাক্তুনা ঐবু কৌন্নবনি মাতুদা ইতানা ঙমতুন্না লৈহৌরবনি। হৌজিক ঐনা ফনা হায়তুনসু য়ান্নরোই। অতুগী শরুকপুদি ইতানা নিংজবা অসি থুংজন্নসনু। পাবগী কৈ ময়াম অসিদগী ফৌপোৎ ২০।৩০ দং য়েম্থোকপদি থোইনসু মহাম তারোই, অতুগী মথক্তা ধৰ্ম্মনি, অতুনা ফগ-নিদা পাবা।

তোয়া—হোযদা খুল্লাকপা! অসি য়ৌনা থেম্বদা য়াত্রবা অসিনদি চংনিংনা হায়রিবা অসিনা ফরগদমাল্লে, মানা নিংবা অতু থুংজন্নসনুদা।

খুল্লাকপা—অতু ওইরবদি নং শোয়দনা চাদি চান্ননিদকো ?

চংনিং—এঃ কন্নিগী চাদদগে পাবা ! শোইদনা ইতাগা চামিন্নরগনি।

খুল্লাকপা—(কামুদা) কামু ইবো ! চৎলু, ইমুংদগী শংবাই লৌথোকউচো, খুল্লাকপীদগী শোগা লৌরকউ।

(চাইবীনা চাক চারগনি হায়ন্নবদা কামুনা হন্নাওমনগ্রতুন্না ইমুংদা চেনশিনখিতুনা শংবাইগা সোগা লৌথোকউরে। মফি তাথৎতুন্না শংবাইগা সোগা পাইতুনা চেম্ঘোরক্লগা)

কামু—করম্বা কৈদগী কোৎথোকচৌ হায়বগে ?

খুল্লাকপা—(খুদোম্বী খিন্দুনা) আঃ মনিংথংবা ফৌঙাংগা মোইন্নাং ফৌগা তংথাই তংথাই হৈখিবা কোৎ অতুদগী ফৌপোৎ কুম্ভ্রাদং কোৎথোকলুরো।

কামু—ফনি। (চাইবীদা) অতুদি ইবেম্মসু লেংঙক্কও।

(খুন্না ন্নাংনা চেনশিনখি)

খুল্লাকপা—ভোয়া ইবো ! নংস্থ ঙসিগী অনৌবা কুম্মৈ অসি য়েংখো, ফৌশিং তুক থাক্লসি লাও। (চংমিল্লখি)

চাইবী—ইতা। নং চৎলো ওঝা রাজেন্দা, লৈভ-লাইরবা অনংবা মীশিং অতু ঐখোয়গী মথা থংবা থোঙ্গাল অসিদা অমমম থাজিল্লকউ হায়রুরো। ঐ ফৌ য়েনবা হৌরম্লগে

(কোকশেং শেৎকৎলি)

(চংনিং হয়াও হয়াও চেনখ্রে)

[ থাংমৈ মুৎপা ]

---

# ২শুবা উৎপা

## ক্ষাংজৈবুং লমহাং

[খুনগী নৌনা লাইরিক তমখৎলক্লিবা অহল্লোন, নহারোন, পাথং, লৈশাবী ময়াম লম্পাক্তা পরেং পরেং ফমদুনা লাইরিক ভমলি। মাষ্টর রাজেন্না উপাম্বী অমগী মথাদা ব্লেক বোর্ড অমদা লাইরিক্ক ইডুনা তাক্লি, ময়াম্না য়েংদুনা ইম্নি]

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| আ | া | ক | া | কা |
| ই | ি | ক | ি | কি |
| ঈ | ী | ক | ী | কী |
| ঋ | ৃ | ক | ৃ | কৃ |
| ঌ | ৢ | ক | ৢ | কৢ |
| উ | ু | ক | ু | কু |
| ঊ | ূ | ক | ূ | কূ |
| এ | ে | ক | ে | কে |
| ঐ | ৈ | ক | ৈ | কৈ |

(অজিনচিংখো পাছুনয় ভাব্লি)

রাজেন—ময়াম পুন্নমক ঙসিগী পরাদি অসিনা ওইরসি অদুগা পরা অসি নহা অহল খাক্তনা হয়েং য়ুমদগী ইদুনা পুনরকসি।

চংনিং—ওঝা! ক না লৈরিবা মফম অসিদা অতৈ ময়েক পুন্নমকস্থু লৈবা য়াবা নত্রা?

রাজেন—মানি পরা অসিদা া, ি, ু গী মশক তাকপদনি, অদুগা ক না লৈরিবা মফম অসিদা খ, গ, ঘ, ঙ নচিংবা লৈরিবা ময়েক পুন্নমক লৈগদবনি। হায়রিবা া, ি, ী, ু, ূ নচিংবা ময়েক পুন্নমক অসি ময়েক খুদিংমক্তা তগ্নগদবনি। অহানবদা ক না লৈরম্বগীদমক্তা থম্বনি গ+া+গা, 'ঙ+া+ঙা অম্নুন্না ময়েক অতৈ পুন্নমক্তস্থু ওইরক্কদবনি।

থোংলেন—ইবুংঙো! নহাক্না চৎত্রিঙৈগী মমাংদা ঐখোয়বু ইব পাবা অসিতদি হৈহৌগনিকো?

রাজেন—শোইদনা হৈগনি খুরা! করিমতা চিনরুগন্নু। নোংম নোংমগী চৎথরক্লিবা পারা অসিদা পুকনিং চংনা ভাব তাহৌরবদি শোইদনা থুনমক হৈগনি।

১বা খুঞ্জা--হৌজিক ফাওবদি পারাবুদি ঐখোয়না ঙমলপ ঙমলপ চংলি। মতুংদা করি ওইরক্কদগে হায়বা থংদ্রে ওঝা ইবুংঙো।

রাজেন—করিমতা রাবিরুগন্নু। মরাইনা হৈজগনি। মী খুদিংমক হৈদুনা পোকলকপা ঙাক নত্তে। তম্লগা, হোৎনরগা হৈরকপা ঙাক্তনি। অদুগা ঙসি ময়ামদা নিংাশংজনিংবা সুংঙাইবা পাও অমগা।

ময়াম—করিনো ইবুঙো? করি পাওনো ওঝা?

রাজেন—অসিনি, খুন অসিগী ওঝা শাজৌ অমদি খুন অসিগী ছাত্র নহারোন ময়ামগা লোইননা হোৎনবদগী, মণিপুর সরকারগী পব্লিসিটি ডিপার্টমেণ্টনা চানবিদুনা খুন অসিগী রেডিও অমা

মমল য়াওদনা লেমনা পিস্বিরকলে। ঙসি অয়ুক ওঝা শাজৌনা রেডিও অতু লৌননবগীদমক্তা ইম্ফালদা, পব্লিসিটি অফিস্তা চৎখিবনি। হৌজিক নুমিদাংবাইরম পুরকপা য়াই, নত্রগা হযেং অয়ুক্তি শোইদনা পুবক্লগনি। হৌজিক্তি এখোযনা মৈতৈ খবরগী রা তাবা ফংলগনি অসিদা নত্তনা রেডিও লৈরবদি পৃথিবীগী দেশ অপুম্বগী ঈ-পাও, ঈশৈ নোংমাই পুম্নমকস্তু ফম্না ফম্না, মফম অসিদা তাবা ফংলগদবনি।

শম্ফবা—ওঝা! হৌজিক ওঝানা হাংবিবা রেডীও হাযবা অতু এদি নহাল থাংমৈবন্দা, সনম্বা খোমদোনস্ন। খোইদা ফৌ কাবা চৎপদা তারকলে। ওন্থোক্লা নুংঙাইখ্রেদা ওঝা! মাংদদি উপু বাক্সি মচাগুম্বা অমতমক শিল্লি অতুগা মতুদা রা ঙাংলবপা, ঈশৈ শকলকপদি ওন্থোকনা হৌনা হৌনা লাওবকখ্রে।

রাজেন—চুমই, অচম্বনি। যাম্না ঙকপা বিজ্ঞানগী পাম্বনা প্যোরকপা খুৎলাই অমনি। হাযবিবা অতুগা চপ মান্নবনি, ওঝা শাজৌনা পুবক্কদোরিবা অতুস্তু।

(তনৌ কব্রংচাক মশা অমা পাইদুনা চংলক্কই)

তনৌ—ওঝা! লাই উমংগী অবাংথংবদা কব্রংচাক ৫০ মুক শম্বল নমথেকতুনা শন্না থুদেকলমলে ওঝা।

(রাজেন্দা কব্রংচাক মশা পী)

থোংলেন—(শাওনা ফুক হৌগৎতুনা) কনাগী শম্নি হাযবগে তনৌ? অতুক য়াম্না রানা জঙ্গল কোকতুনা খুল চংদুনা থাখ্রগা মশন থাজিল্লিবা মী অতুবু মাগীদি মপোৎ নত্তে হায়ত্রা? কনানোমে?

তনৌ—থংদে, কনাগী শম্নো লাবা চিগোনবা অমগা অমোম ৩।৪ গনি।

থোংলেন—অতুবু নংদি মরুফংনা থিরকপা য়াত্রা? নহানস্তু অতুক্ক রানা শারবা খুন্দোনগী মীথুংশং অসি, লৈরং মথৈ দোইনা

ৱাইখাইরম্লবনি। কনাগীনো হংনবদা তুমিন তুমিন হেক্তা য়ৈশিন্নখিবা। ওন্থোকপনি খুঙ্গং অসিগী মীশিং অসি।

রাজেন—য়াম্না চমই খুরা থোংলেন্না শাওরিবা অসি। অদুবু হৌখ্রবা থোকখ্রবা থবক্কি, তৌজিক কান্নবা লৈত্রে অদুনা হৌজিক নমথেক্লিবা শপন অদু হয়েং অয়ুক চাকচামাংদা ময়াম অমুক্তং থিংলুসি। অদুগা হৌজিক তনৌনা হায়রিবা পাম্বী ৪০।৫০ মুক থুদেক্লে গায়রিবা অসি লোইনদি শিরোই হায়না খল্লি, অদুমকপু শিখ্রবসু সরকারগী কব্রংচাক য়োকপা অফিসনা এখোইদা পিরকপা পাম্বী ১,৮০,০০০ নি অদুনা পাম্বী ৪০ অমা ৫০ অমা শিবনদি এখোয়দা থোইনা অমাংবা ওইবা ঙম্লরোই।

খুঞ্জা অনা—অদুবু ওঝা! এখোয়গী খুঙ্গং অসিদি লোইনা কব্রংতিন য়োরবা ঙাক্তনি, মাগী মাগী শরুক য়েন্থোকপদি নত্তবনিনা হয়েং ভুদা খৎনরক্লোইদ্রা?

রাজেন—কনাসু খৎনরোই মরমদি খুন অসিদা য়ুমশিং ৩,০০০ ফাদে অদুগা থারিবা কব্রংচাক পাম্বীদি ১,৮০,০০০ নি খুন অসিদা নত্তনা য়ুয়োন্নবদা লৈরিবা খুন ময়াম অসিনা চংদুনা হেক্লবসু লোইবা ঙম্লরোই।

থোংলেন—ইবুংঙো রাজেন! নহাক্কী হোৎনবনা এখোই খুঞ্জা পুন্নমকপু খুদক্তা নিংবা থুংহনবা, মিৎকী মাংদা হেক হেক উহনবা অসিদা এখোই পুন্নমক্কী নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। নোংমদি শোইদনা মৈত্রবাক অসিদা পালেম খুঙ্গং অসি য়েংনফম ওইগদৌরি।

রাজেন—অদুবু খুরা! মী পুন্নমক্কী য়েংনফম ওইরবদি য়াই অদুবু

লাক্লবা, চৎনবা লক্ষ্মীদি লৈত্রি অদুগা ঐগী পুন্সিগী রাশক অয়োইবা পম্ফংস্ত্র অসিনি।

ময়াম—করিবুনো ওঝা? ঐখোই ভাব তাবা ঙমদ্রে ওঝা?

রাজেন—হায়বদি "লক্ষ্মী শেম্বা"।

ময়াম—(লক্ষ্মী শেম্বা ইনিন নিংলি) ফৈ ওঝা মরু ওইবদি অদুনি। শেমসি ওঝা।

রাজেন—অদুদি ময়াম পুম্নমক অমুক্তা তাবিয়ু। হৌজিক চহি অসিমগী মনুংদা ঐখোয়না পাংথোকপা ঙমহিবা, লোইখ্রবা থবক (১) খুনগী পুখ্রি তৌবা, (২) ঈশিংখোং শেংদোকপা, (৩) জঙ্গোল হাইদোকপা, (৪) কত্রংচাক থাবা, (৫) মীথুংশং শাবা অসিনচিংবা থবক কয়ামরুম পাংথোকপা ঙম্লিবা অসিদি থোইনা চাওবা থবক নত্তে অদুগা য়াওনিংবা কয়ানস্ত্র য়াওখি, য়াওনিংদবা কয়ানস্ত্র তোকখি। অদুবু হন্দক লক্ষ্মী শেম্বগী থৌরাং অসিদি চাওখ্রবা থৌরাং অমনি। ঐগী পুন্সিগী নিংজবা অয়োইবা থৌরাংস্ত্র অসিনি ঐনা হোৎনবগী ঙমথৈস্ত্র অসিদা লোইরবনি। অসিদা খুল অসিগী নহা অহল অঙাং নুবী খাক্তনা লিংজেন মান্নবা চোংথোক্লরব্রবদি ঐনা চৎত্রিবঙৈ মমাং থা তরুক অসিদা লোইবদি য়াই হায়না খল্লি অদুবু পুকচেন মান্নবা, লিংজেন মান্নবা নত্তনদি অসিগুম্বা অচৌবা থৌরাং অসি পাংথোকপা ঙমগনি হায়বা আশা উদে।

শম্ফবা—ওঝা। ঐখোই অস্তুক য়াম্লিবদবু মী ৪।৫ চিথহোবনবু করি তৌগবনো। নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তগী চাকওন চাদুনা শুরবদবু মরাইনা লোইজনিদা ওঝা।

থোংলেন—ইবুঙো! অস্তুক য়াম্বা থবক ঙম্লরুবদবু, ইবুঙোনা থরাই

য়াওনা লমজিংবীরবদি ইলাই লাইনা ঙমগনি হায়না থল্লিদা থুরাখোইদি।

রাজেন—চুমই, অদুবু ঐস্থু চৎকদবা থা তরুক্তা মঙাইরে। অকক্লবা মতম থরদং অসিদদি ঐনা কনাবুস্থু চিংথহন্নিংদে। খৎন-চৈনবা য়েখাই থিঙ্গায়বস্থু থোবহন্নিংদে। ঐগী থৌরাংস্থু অরাইবনি চাওরবা থৌরাং অসিগী মপুং ফাহনবদি খুঞ্জাশিংগী মথুক্তা তারিবনি অদুগীদমক্তা ঐনা য়াম্না কীরিবনি।

ময়াম—ওঝা ক'রিমক্তা কিবিরুগনু, ঐখোই ময়াম রাশক্তুনা হায়রিবা অসিনি শোয়দনা ঙমগনি, শোইদনমক শেম্মসি ওঝা।

রাজেন—থবক অসি খজিক খরাক্কী থবক্তি নত্তে। সরকারগী শোরোক কাংপ চিংখোং মেন রোড কোলাস থাবা অসিদগী হৌরক্তুনা ম ইল অহুমলোম শাংনা মখা খুন্দোন য়োবা ফাওবা শেমগদবনি, •রক মরক্তা ঈশিংখোং কয়াগী মথক্তস্থু থোং শাগদবনি লরক মণ কধাস্থু শেমহৌগদবনি। কয়াদা চাওখ্রবা থৌবাংনো ? তৌববুদি ঐনস্থু ভারত সেবক সমাজগী প্রসিডেণ্টত নহারোল ১০০ মুক্তগা মতেং পিবিয়ু হায়দুনা চে অমস্থু ইজখি।

থোংলেন—লোইরে, লোইরে ইবুংঙো! মাখোই অদুগনা য়াওবিরবদি থা তরাক্তি হায়রনু থা অহুমগী মনুংদা লোইনা লোইগত্রা হায়না থল্লি। অদুদা লুবা অমতংদদি, পাঙ্গল ঙাক্তনদি য়ারোইদো চংগদবা পৈশা-নুংশা অদুনিসে।

ময়াম—থবক থোল্লগা পৈশা মরাইনা লাকচনিয়ে, য়াম্না থম্নমনখ্রে হেক্তা হৌরসে।

রাজেন—(হবাঙনা) ময়ামগী মোংবু ঙাইরম্বনি, হৌজিক মদুগী থৌরাং পুম্নমক লোইরে। হৌখিবা চহি অসিমগী মনুংদা ঐখোই

নহারোল ক্লবকী মুস্তি ভীক্ষাগী চেংনা হৌজিক চেং মন ১০২ সের ১৫ অদুগা তেংবাংবদগী লাকপা ফম্না লুপা ১,৫০০৲ শুরে। হৌজিক ওঝা শাজোগী মখুত্তা লেংদনা লৈরবনি। পুম্নমক অসি লম্বী শেম্বগী অনৌবা থৌরাং অসিদা লোইনা শিজিন্নরগনি অদুগা লম্বীবু ফাত্তোকপা, থোং শাবা, থোনবব লোইরবদি মুং থাবা, কোলাস থাবগী থবক্তি এখোয়না মণিপুর সরকারদগী মতেং নিজসি। সরকারনসু থবকতুবু উরবদি হেক্তা শেল পিরগে হায়রিবনি। অদুগা হন্দকী লম্বী শেম্বা অসি হেক হৌবদগী লোইদ্রিবা ফাওবা, কনাবুসু ময়ুমদগী চাক চাদুনা লাকহল্লোই, কনাবুসু মরন্নাই খর্চ্চা তিংহল্লোই। খুল অসিগী মুপিমচাশিং মখৈনা ঈশিং হোনবা চাক থোংবগী থবক্তা শিজিন্নগনি অদুগা মুপা মচা মখৈনা শিং-য়েন খাইবা, নোম-লিকপনচিংবা চানবগী থৌরাংদা শিজিন্নগনি অদুগা অহল লমন, পাখং লৈশাবা মখৈনা মাই ওন্নদনা লম্বী শেমগনি।

চংনিং—ওঝা! ঐদি লম্বী শেম্বদা য়াওগনি, ওঝা।

থাবল্লৈ—ঐসু ওঝা।

চাইবী—(ফুক হৌগৎলক্কই অদুগা বা হায়বা ঙমদতুনা নোকতুনা ফমথখি)

শম্ফবা—ওঝা! হন্দকী থবক অসিদি য়াম্না মুংঙাইগদৌরিবা পোৎনিনা, খুন অসিগী কির্ত্তন্দা তারেদনা।

রাজেন—মানি, শম্ফবা! কির্ত্তন্দগী হেন্না চাওনা তৌগনি। ঐগী পুন্সিগী অরোইবা থৌরাংগা লোইননা মৈতৈ লৈবাক পুম্নমক শিন থুংনা খংহনগনি, কুম্মৈগুম্না যেংহনগনি।

ময়াম—(হরাওদুনা) ওঝা! হৌরসি, কৈদৌঙৈনো হেক্তা তৌরসিম্বা ওঝা।

শাজৌ—(মপান্দগী হরাওনা) ওঝা রাজেন! ওঝা রাজেন! রেডিও পুরকলে।

ময়াম—রেডিও পুরকলে, রেডিও পুরকলে। (ইরাং লাংনৈ)

শাজৌ—(চংলকতুনা) ওঝা! ময়ামগী মরক্তগী অসিনা খ্বাইদগী ফৈ খন্দুনা পুরকলবনি।

রাজেন—ওঝা! মপোৎ মচৈদি লোইনা শুনা পুরকইদনা?

শাজৌ—লোইনা শুনা পুরকই। ওঃ অদুগা চিঠি অসিমগা।

(রাজেন্দা পীবা)

ময়াম—খোংঙসি, তারসি ওঝা। (ইরাং লাংই)

রাজেন—ময়াম পুন্নমক! অমুক্তা তুমিন্না লৈবিখো। ঙসাই ঐনা হাযবা থবক পাংনবা নহারোনশিং হায়বা অদুস্থু কালেন ছুটি মন্নুংদা, জুনগী তাং ১৮ দা লম্বী শেম্বা পাংবা লাক্কনি হায়না প্রেসিডেণ্টনা চিঠি থারকলে।

ময়াম নুংঙাইরে ওঝা! শোইদনা ঙম্মনি ওঝা। (খুবাক খুবা) হৌজিক্তি রেডিও তারসি, ওঝা।

রাজেন—ফরে, ঙসিদি অসিদা তারসি, মণিপুবগী পাও লাকপা পুংফমস্থু যৌবে। (পানথৎনবা হোৎনবা)

ছাত্র ১—ওঝা! মসিবু লন্নাই লৈবদা ফাব্রা?

রাজেন—করিগী ফাকুনি, লৈবীয়ু হাযদুনা থওইনা হারিবনি। শেল লৈতবগী ঙম্নদবনি। ইনাক কৈরাক খুনবা মীদি রেডিও লৈনৈ। আমেরিকাদদি ইমুং অমদা চাকখুম হেক তোঙানবদা রেডিও অমমম লৈনৈ। য়াম্না কান্নখ্রবা পোৎনি। ঐখোয়না মফম অসিদা ফম্না ফম্না পৃথিবী অসিগী পাও তাবা ফংলগনি। ঙসি ঐখোয়না লৌরাই থরাইদা, ইম্ফালদা তৌথিবগী পাও হৌজিক লোইনা তারগনি। কয়া কান্নখ্রবনো?

ছাত্র ১—অতুদা মৈতৈরোনদি ফৈদো। মীগী মরোন্দনি ………।

রাজেন—অতুনবু লাইরিক তম্মু শিংবা হেল্লি হায়নরিবনি। অরেম্বদা লৈপুংদা ফমতুনা মতম মাংহনববুদি ক্লবতা চংতুনা লাইরিক পাগনি, খবর পাগনি, পাও তাগনি। অহৈবা অখংবনা পারগা নখোয়না তহৌবদসু কান্নবনি। ফরে, ঙসিগী পাও করি করি লাকপগে তারসি।

## রেডিওগী পাও

আকাশবানি—ঙসি তাং ১৫ য়ুমশকৈশা।

মণিপুরগী থৌরম শন্দোকচরগে। অহানবা খুদোন ওইনা রাসকী ইশৈ অমা তাবিরসি।

(ইশৈ)

(………………………………………………………………)

ইশৈগী শরুক লোইজরে। পাওগী শরুক্তা—ঙসি অয়ুক ককচিংদা ছাত্র ছাত্রী ৫০০ না পুন্না লম্বেল শেম্বগী থবক হৌখ্রে। খুঙ্গাশিংনা থবক অতুদা মতেং পাংতুনা নিংথিনা থবক শুবা হৌখ্রে। থৌনা ফবা, থবক শুনিংবা মতৌ উবদা ভারতকী তুংগী য়াইফ-থৌরাংদা মাই পাকলগনি হায়না সরকারগী কাংবুনা থাগৎখি। মোইরাংদসু খুনগী থৌরাংতনা স্কুল অমা ঙসি অয়ুক শংগারে। অরাপ্পদগী লাকপা ছাত্রশিংনা লৈনবা, ছাত্র ৫০ রেম চনবা শঙ্ ৪ সু থা অসিগী মনুংদা লোইতুনা অরাপ্পা খুনদা লেবা ছাত্রশিংগী খুদোংচবা ফংলগনি। চীংগী মফম খরদা উচিনা মহৈ মরোং মাংহনতুনা চাথোক্ক হন্থগদ্রা খনবদগী মণিপুর সরকারনা অনৌবা বৈজ্ঞানিকী খুৎলাই অমসুং হিদাক মফম ৩০ থোক্লা থাজনখ্রে। মণিপুর সরকারনা হন্দকী চহিদা থোং ১৫, কোলাস খাবা লম্বী মাইল ২০০

শন্দোক্লবা থৌরাং তৌবা লোইখ্রে হায়নস্থু পাও অমা ফোংলে। ভারতকী অচৌবা লৌমীশিংগী সভা অমদা প্রধান মন্ত্রিনা হায়বীখি—লমদি পাকথোকপা লৈতে, চাবীনবা মীশিংনা অস্থুম হেনগৎলক্লি অদুনা লৈরিবা লম অসিদা চংহি অমদা চাথোক অনিরক থোকহন্নবা হার হাপ্পবা হারগী কারখানা মশিং হেন-গৎনবা থৌরাংস্থু লোইরে। ভারতনা অনৌবা লানগী খুৎলাই থমদুনা পৃথিবীদা ঈশ্বাই তানবগী অর্রাবদু পামদে মদুগী মহুতা মীওইবগী শেৎপা-চাবা মনিংতম্না নুংঙাইনা পান্ননবা অনৌবা খুৎলাই লৈগনি শাগনিস্থু হায়খি। নুংশিৎ নুংশাগী পাও—পুং ২৪ গী মনুংদা মনিপুরগী খা থংবা শককলোমদা নোং খরা তাবা যাই। ঙসিগী অকাশবানিগী থৌরাং মতাং অসিদা লোইজরে। হয়েং অয়ুক্কী থৌরমদা রাজেন সিংহনা ইবা "পলেম খুল উককবদা" হায়বা শৈরেং, মথং ইশৈ, মথং পাও।

মোনো—ওঝা! হৌজিক রা ঙাংলব্রিবদুবু কদাইদগীনো চান্নমক্কী মীরা?

রাজেন—মী নত্তবদে। মোনো লাইরিক লাইশু তমদুনা হে-শিংলবদি রেডিও অসে নংস্থু লাম্না শাবা ঙমগনি। হয়েং অয়ুক্ক এনা ইবা শৈরেং অমা লাক্কনি লাওথোকখ্রেদনা অদুমঙাই নংস্থু হেবু হরবদি। ঈশৈ হৈবস্থু ঈশৈ শকপা য়াই।

চংনিং—অদু ওইরবদি ইতা চাইবীস্থু শকহনবা তারে।

(মথাম নোকপা)

[ থাংমৈ মুৎপা ]

---

# তঙ্খু:ন। উৎপা

## লবূক

## নুমিদাংৱাইরম

লিরিবা নুংশিৎনা হাংলবা লবূক্তা চরুখোক মরক্তা খোঙ্জেল য়াংনা হুম্লি। শাবন্দা হৌবা হৈনৌ পাম্বী অমদা ঙাক্তুনা রাজেন ময়ুমদা পিনবা চিঠি ইরি। খুল্লাকপগী মচানুপা চাইবী লোন্না থোরক্তুনা হৈনৌ পাম্বী মরুমদা লুম্লগা লোন্না মুনা মুনা য়েংলি। রাজেন ইবা লোইরদনা রাইটিং পেদতগী চেনা শেংকে হায়গৎলকপদা চাইবীনা লাক্তুনা চেনখ্রে. মখোই অনি হৈনৌ পাম্বী অদু কোইনা কোইনা তান্নবদগী অমুক মাইকে অমরোপদা হন্দুনা চেন্নরকপদা থেঙ্গায়নতুনা তুনরে।

রাজেন—(লোন্না য়েংলম্লগা ব্রস্থশিন্নতুনা) ওঃ! (তুপথি)

চাইবী—(নুংশা থিনা চেনশিল্লকতুনা রাজেনবু কোনশংলগা) রাজেন! রাজেন! করি তৌরে।

রাজেন—(রাজেন মমিং উশিনবদগী পাংথাংগা) খংব্রা? নোংশাগী মমাংদা শক্তি মচানা খৌশাবা, চেনবা ঙমত্রদো।

চাইবী—হেঃ হেঃ তৌশিন্নরিবোইরে।

রাজেন—হোয়, হোয়, তৌশিন্নরি। অদুবু তৌশিন্নবগী লান্দা থুবা শক্তি মচা নাম্থোকপা ঙমদ্রে।

চাইবী—তৌশিন্নবা! কল্লকচাওবা! ইবুংগো! লৈমকোন নিংথৌকোন্দা শাৎপী লৈরাং কনাদা, নুংশি নপাও থাগদৌরি?

রাজেন—থাফম নৈতে, পোকমিন্নবী ইচন্দা।

চাইবী—নতাৎ তৌশিন্নগন্নু, শাজুৎ হৈবা খোইমুগুম উন উনা ননম লৈগন্নু।

রাজেন—এৗনা হায়বা থাজদ্রবদি, পাও পারগা খংগনি।

চাইবা—(চিঠি পারগা গুংশি চিঠি ওইরমদ্রবা অংদা হরাওমনখ্রুদুনা রাজেনগী মুমাংগী শম অদু শাইরগা ফ্রৎ ফ্রৎ হায়রগা) খংব্রা ?

রাজেন—অদু্যদ নাবিদেনে। এৗনা য়াম্না নারিবদি অসিদনি।
(মথবাক্তা নানৈজ)

চাইবা—কদাইদনো ? কদাইদা নারিবনো ?

রাজেন—(চাইবীগী মথুং পাইদুনা চিংশিলগা) অসিদা আ মনুংদা।

চাইবা— মথু থংশং শাদুনা খংখ্রে ! কৈদৌ ঙাওশিন্নরিনো ?

রাজেন—ঙাও শন্নবা নত্তে, থাঙ্গৈশেংবনি চইবী ! নুংঙাই য়াইফবগী শচাদ নীগী অরাবা খৱাবোই। মতিক চাদবা মহাকসে বাজবনা মপুন্সি লোমসনু।

চাইবী—অদুন করিনো হায়রোবা ?

(বাজেনগী ফুরিংথাওদা মানা পাইবকপা লৈ চবোং অদু থেংচিল্লি। মতম অসিদা কামু, যাত্রা চলকই। লৈ থেংচিনবা অদু উহৌরে)

কামু—(শাওনা) চাইবী, কৈদৌরিনো ?

(চাইবী থুমফম থংদনা ঙকচানদুনা লৈরিবৈঙদা রাজেন্না)

রাজেন—লাইরিক তন্নৌরি।

কামু—শাওনা) লবৃক্তা। (চাইবীদা) চংসি লাও, পাবানা থীরুসো হায়দুনা লাকইবনি।

চাইবী পুদুনা চংলি। কামুনা বাজেনগী ফুরিংথাওদগী লৈচরোং অদুম্ব শংদুনা পুি। চাইবীনা লোন্না মাগী নাপ্পদগী নাচোম অদু অমুক লংঙকই। বাজেন্না থুনগৎপগা, কামুনা অমুক রাজেন মথুত্তগী মুন্দুনা পুথি। রাজেন নোকদুনা লৈহৌই।

[থাংমৈ মুংপা]

---

# ৪শুবা উৎপা

## লম্বী

## নুমিদাংৱাইরম

লম্বী মযাগী খোংনাং মখোং অমদা ফমলত্তুনা থোংলেন খবর পাদুনা লৈরমই। লৈরাং খুন্নোগী গুলাপসিং চংলকই।

গুলাপ—ইবুংঙো থোংলেন। কদৌরিবনো ?

থোংলেন -তাদ, গুলাপ! কদাই চংলুই ? ঐ হকচিক লাংবোইনা খবর পারমইযে।

গুলাপ ইবুংঙোবু লইবক পাবা থোক্লববনে ?

থোংলেন—ঐখোযদি হাযকনু হন্ববা খুঞ্জাহল ফাওবা লাইরিক হেখবদা হৌজক লাইবিওগা যওন্নদুনা লৈখ্রে।

গুলাপ—অদু মযাম্ন অস্তুক খুনা কদ ইদা তম্মুরিবনো হায়বনি ?

থোংলেন—এখোয খুনগা ওঝা, রাজেন্না স্কুলগী অঙাংশিংগী লইরিক তম্বীবদা নত্তুনা খুন অসিগা নংা, অহল, পাখং, লৈশাবী পুন্নমক লোইনা লাইরক হৈহল্লবনিনে। হৌজিক্তা মিৎ-মাই পাংবা হায়বত্তু ওইরক্রে।

(শম্ফবা চংলকই)

শম্ফবা খুরা! তারিখ কয়াগীনো ? এস্তু অমুত্তা পাজহৌগে।

(খবর লৌরগা পাই)

গুলাপ—আঃ! আই! শম্ফবা নংস্তু লাইবিক হৈরবরনে ?

শম্ফবা—(খবর পানা পানা হোয়, খুরা! খরা খরা পাবা থোকচরে।

থোংলেন—তাদ! ঐনা ঙসাইনা হায়বত্তুনি, শম্ফবা হোয়দি হায়রুম্মু খুন অসিগী মুপী অঙাং ফাওবা লোইনা হৈবা পাবা ঙম্নবনিনে।

গুলাপ—ইসঃ কয়াদা সুংঙাইরিগবা ! ইবুংঙো নখোয়গী খুন্দদি অফবা মী লাকপা হায়বসে কয়াদা চাওখৎলবনো, কয়াদা য়েংবা সুংঙাইরবনো ? খুনগী পুখ্রি অচৌবা অসিনা শীরিকা চল্লতুনা ফজরিবা, কাব্রংচাক ইংখোল অসিনা কয়াদা চাওনা শেমখ্রিবা অতুগা ঈশিং খোংশিং অসিনা লুরিবা, লম-তুনা নাম্লরকইবা, হুরান-চিম্থি খৎন-চৈনবগী পাওসু অমতা ভাখিদ্রে, ঐখোইদি ইকপু ইকাইশিল্লক্লে। ওম্থোক্লা থুনা জ্ঞান ভানা, থবক খুদিংমক্তা চংখোন্না হোৎনরকখ্রে। ঐখোইগী খুন্দি কদায় হৌজিক্তা হেন্না হেন্না সুংশিনদবা, পুকচেন ফৎনদবা হেনগৎলক্লে। ইবুঙোখোইগী খুন অসি য়েংলগা সুংঙাইগদবা মঙাইয়ে ঐখোই দি।

থোংলেন—অসিদা নত্তেনে ভাদা ! মখুনসু নত্তবা অসিদা ওঝা অসিনা হোৎনবা অসিদি। হৌজিক মাগা লোইননা ঐখোইনা ভৌরক্ক-দবা থবক অসি য়ামখ্রপোৎনি। মানা অফবা থবক্তা নিংহন্নবা লৈতনা নোংমা নোংমগী অনৌ অনৌবা উহনবা অসিদা ঐখোই খুঙ্গা পুন্নমক অসি থরাই থাবা ফাওবা পাম্মুনদ্রবনি। হৌজিক অমুক ইনৌ নৌনা, কাংচুপ শোয়োক্তগী হরাগাড়ী, শনগাড়ী চৎপা য়ানবা অচৌবা লম্বী অমসু শেমগদৌরিবনি।

(খুল্লাকপা, তোয়া, কামু যাত্রাগা লোইননা চংলকই)

খুল্লাকপা—করি ? করি হায়বা থোংলেন ! লম্বী শেম্বা, হরাগাড়ী থৌজিনবা, নখোই য়াওনা থুন অসি লোইনা মাং-তাকহল্লগেরা ? লম্বী শেম্বা, থোং শাবা, মী থাজিনবকা হায়না। কদাই চৎখ্রে মথিবোং চানিংঙাই লৈত্তুনা, ওঝা ওইবা লাকপা, নংগী নিপা অতু ? করিগীনোনে মানা মাগী মথৌ লাইরিক ভম্বীগেদি হায়ত্রতুনা, অমুক্তোইবা থৌলৈভবা, শুনিংদবা মী খরা খোম্লগা, মীগী থাইনগী অহল-লম্মল্লা চৎমরক্লিবা, লুমা

হায়রমইবা, লাইরম-ভিল্লম, উমং-রামং পুম্নমক অসি ভৌহৈ ভৌহৈদে খংদে, য়াম্থোকপগা-খোত্তোকপগা, ফুঙ্গিনবগা মেনশিন-বগা, অদুগী মরক্তা নখোয়সু য়াওরিবা। নখোই নশাদা লাইথুং পান্নিংব্রা?

শম্ফবা—লাইসু, ফনবা শেম্বদি য়াবনিদা, লাইথুং পানবদি হায়রুম্নু থোইনা হরাওরমগনিদা।

তোয়া—হৈঃ শম্ফবা! করিগীনো নংনা খুল্লাকপগী চিম্থক্তা খুম্বদি নংগুম্বনা খুল্লাকপগী চিম্থক্তা খুম্বা নতিক লেব্রা? কাওরব্রা নং? শন অমোম অশোনবী অনিখক পুরদুনা খুল্লাকপগী লৌ উজগে হায়দুনা ঐঙোন্দা নে নে তৌরম্বদো।

শম্ফবা—কান্নদেদা খুরা তোয়া! মীমাংদা পংহায় হায়দোক্লরগা, নংনা ফিক্ক তৌদুনা খুল্লাকপদগী ফো থপনবা হোৎনবদা ঐখোইবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরম্বা নত্রা?

তোয়া—য়েংউনেসে, মচিন অসি কয়াদা থীখ্রবনো।

কামু—হেরা খুরা তোয়া! অথিবা মচিন অসি হেক শুগাইরগা মরাইনা ফজৎহিগনি।

শম্ফবা—ইসঃ সংসার অসিদি অকনবনা মচাওরবোইরে। শামুখোই সিসু কল্লিদা অদুবু মউৎনা কাটি মচা অমা হেক থাবদা ওঃ খোংদুনা মচেল্লি।

কামু—(শাওবনা লুত্তোন শাংথিদুনা) করি শম্ফবা! নং নথরাই মাংনিংব্রা?

থোংলেন—করিনো, করিনো, ইবুঙো যাত্রা? রাগী রা চুম্না ঙাংনরগা লোইরে। অঙাংশিংবু অদুম্না কিহল্লবদি, খুন অসিদি অশোনবা লৈহৈদ্রেনা। অদুবু ময়ামগী শক্তিনা অমগী শক্তিদগী হেল্লি হায়বা অসিসু খক কাওগনু।

খুল্লাকপা—ইয়া! থোংলেন! নংনা ঐগী মাংদা ঐগী ইচা ইনাই য়ারকপদি করি নথৌ লৈ। খুল অসিদা ঐ লৈ হায়বসি নথোই কাওব্রা? নংসু য়াওনা মনুংদা শরো শিন্নম্নিবোইরে। ঐ খুল অসিগী মপুনি খংদ্রা। কৈ খংগনি, মতুং অসিদা লম্বী শেম্বা, থোং শাবদি হায়রুসু খুল অসিগী ফীভম কাইবা মওং অমতং হেক উবদা, খুল্লাকপা ঐগী ইতিক খংহনগে।

থোংলেন—হৌজিক অসি অঙম্বনি, অচৌবনি হায়দুনসু ময়ামগী মথক্তা নেৎতুনা পানবা মতম অদু নত্রে, পুন্নমক পুকচেন-খোইজেন তিন্ননা অফ-ফত্তা পুন্নমক তাথোক তাশিন তৌদুনা লৈমিন্ন-রগদবা মতম্নি।

খুল্লাকপা—অচচ্চা! মাগুম্বনসু ঐগী চিন্থক্তা খুম্বা শারিনে। খংগনি ঐনা হৌজিক করি তৌবা ঙম্বগে হায়বা অদু নমিৎ থিৎনা য়েংউ। লম্বী শেম্বা, থোং শাবা হায়রে, কামু ইবো! চৎলু, মাখোইনা খুন্দোন্দা মিথুংশংনি হায়দুনা শারিবা য়ুমশিং অদু ঙসিগী নুমিত্তা মৈ থাদোকউ। লাই উমং য়াম্নেক্তুনা কব্রংচাক থারিবনি হায়দুনা তৌরিবদো শম্বল থুদেক্তুনা ঐগী ইরোই ময়াম অদু থাজিন্দুনা নৈখাইহল্লু।

থোংলেন—করিনো খুল্লাকপা! খুনগী খুল্লাকপনি হায়দুনবু অদু য়োনা নাপন তৌবা? খুল্লাকপনি খুনগী অফ-ফত্ত পুন্নমক তাথোক তাশিন তৌনগব্রা হায়রগা, অসি য়োনা রানা হোৎনরক্লিবা অসিবু অরেম্বদা মাংহনগদৌরিবা। কৈ খুল্লাকপনা ঙমলে থুগাইয়ু, মাংহল্লু, মৈ থাদোকউ ঐখোয়না ঙমলে খুল্লাকপা নক্ষম লৌথোক্কে।

খুল্লাকপা—অচচ্চা, নত্তিক করি লৈদনা? চৎলুনে তোয়া, কামু ইবো চৎলুনে. ঙসিগী নুমিৎতা মমিৎ থিৎনা য়েংহনসিনে। খুল্লাকপা ইগুন খংহনগে। চৎসি লাও।

(কামু যাত্রা, তোয়া মক্তি ভাথৎতুনা খুল্লাকপগা লোইননা চৎখি)

থোংলেন—(থুংশা থীনা) শম্ফবা ইবো! করম তৌসিগে? হৌজিক্তি তৌবা ঙম্বা, শক্তি লৈবা কাংবুনা, ঐখোইনা অসি য়োনা য়ানা শেমগৎ শাগৎপা অসি মিকুপ অমগী মনুংদা মাংহনখিবা ভারে। করি উপাই তৌসিগে? চৎলু ইবো, হৌজিকমক পাও অসি ওঝা রাজেনগা শাজোগদা তাকলু।

শম্ফবা—অদুদি খুরা ঐ চৎলে। (ফিংনা চেনখিবা)

থোংলেন—গুলাপ! নংস্থু ভারেদনা, ঐ পন্থবা য়াদ্রে। তাদস্থু হল্লো।

(গুলাপ চংখিবা। শম্ফবা থুনা য়াংনা অমুক লাকপা)

শম্ফবা—খুরা! ওঝা রাজেন অসিদা থেংনরে, খুরাগী নাক্তা লাক্রে।

(রাজেন চংলকই)

রাজেন—কমদৌবা খুরা?

থোংলেন—ইবুংঙো! তৌবা ঙম্বা, শক্তি লৈবা ঙাক্তনি। মরল লৈবনিনা ঐখোয়গী খুল অসিগী মী নত্রবস্থ অতৈ খুঙ্গংদগী মীতোপ নেক্তুনা অসি য়োনা য়ানা শেমগৎ শাগৎলিবশিং অসি মিকুপ অমগী মনুংদা উৎ ওনখিবা ভারে। অরেম্বদা লোইনা মাংখিবা ভারে। করি উপাই তৌসি হায়বগে, ওঝা ইবুংঙো?

রাজেন—উপাই! (ঙহাক থল্লগা) ফরে খুরা! অস্থম তৌরসি মাখোইনা মৈ থারগদবা অসি অয়ুক মুংখিন্দদি ঙম্মরোই, অহিংদা শোইদনা থারবা য়াই। অদুনা স্কুলগী অঙাং খরগা খুঙ্গাশিং খরগা খুরাগা লোইননা য়ুমদগী লৈজ লৈজবা পুন বালটিনচিংবা ঈশিং থন্না থন্না পুরগা মীথুংফম শংগী অকোয়বা অদুদা লোন্না থুপ থুপতুনা লৈবিরো। মাখোইনা মৈ থারকপা মতমদা ময়াম চংতুনা হেক্তা কল্লসি অদুগা খুরা, য়ারিবা মখৈন্দি মাখোইগা খৎন চৈনবা থোক্তনবা হোৎনগদবনি। অদুগা খ্বাইদগী লুবা অমদি ঙসিদগী হৌনা কামু যাত্রাগা

তোয়াগা অনি অসি অঙাং খরা তুমিন্না থাদুনা ময়ুমদা লৈত্রা বদোমদা চৎপগে হায়বদু মতুং কোইন ইন্নদুনা য়াম্না কুপ্না শেন্নরর্গদবনি। অদুগা কত্রংচাক ইংখোল থুগাইগনি হায়বা অদুগীনা শক্ষবা নংনা স্কুল ছাত্রশিংগা খুঙ্গা থরগা লোইননা ঙাকপা তারে।

শক্ষবা—অদুবু মতৌ করম্না ঙাক্কদগে অমুক্তা তাকপিয়ু, ওঝা?

রাজেন—মদুদি অস্তুম হায়না তৌরসি, ঙসিগী নুমিত্তা রা অশংবা যাল্লসি অদুগা মল্লনদা মে হোত্নুনা থমলগা রাশিং অদু মাখোইনা ইরোই ময়াম অদু হোইজিল্লকপা মাইকৈ খুদিং খুদিংদা পোকথাইহল্লবদি ইরোই ময়াম অদু মখোল তাবদা খংদুনা ওন্নৈতনব। মাইকৈদা লোইনা চেনখিবা য়াই হায়না খল্লি।

থোংলেন—ইসং চমখে, চুমখ্রে ইবুংঙো। উপাই হায়ববু লৈরদেনা কান্ন দ শখব চৎলো, ওঝানা হায়রিবা অসি পাংথোকপা চম্ননবা, মযামগা তান্নদুনা শেম শারুন্নো। এস্থু মীথুংশংশিং অসি বন্ননবা মীয়াম খোমদুনা হোংনকররগে।

রাজেন—অদুগা খুরা! মাখোইদগী লোন্না পাও লোনবা মী থাবা হায়বা অদুদি শোইবা য়াবা নত্তেকো, খুরা! ঐ শাজোগীদা অদুমক লৈগে। খুদক খুদক্তা মী থারক্তুনা পাও পুন্নমক ঐংঙোন্দা খংহল্লক্কবা য়াদে। ওঝা শাজোদা ঐ লোইনমক শিন্নরল্লগে।

থোংলেন—ফরে, ইবুংঙো! অদুদি মতম লৈত্রে ঐখোয চংলগে।

(মাখোয় অনি চৎপা হোই)

রাজেন--(তুংলোযদগী) শোইবা য়াদেকো, খুন্না !
থোংলেন—ইবুংঙো ! ইবুংঙো !
(মাইকৈ মাইকৈ থোক্লখিবা)

[ থাংমৈ য়ুৎপা ]

---

## শেগুরা উংপা

### স্কুল

### অয়ুক পুং ১০ তাবা মতম

মপান্দা পুং তাবগী কাংশী মখোন্না নিল্লি। ছাত্রশিং পুন্নমক্না মাগী মাগী মফমদা ফম্লরি। মাষ্টর রাজেন চংলকই ছাত্র পুন্নমক হৌগৎতুনা ব্যবহার তৌই। ওঝানা Sit down হায়দুনা পুন্নমক ফমথখি। ছাত্র অমসুং ওঝা চপ মান্ননা হৌগৎতুনা জাতীয় সঙ্গীত শক্লকই।

### জাতীয় সঙ্গীত

জন গন মন অধিনায়ক জয় হে ! ভারত ভাগ্য বীধাতা
পঞ্জাব, সিন্ধু, গুজরাট, মরাঠা, দ্রাবিড়, উৎকল বঙ্গ,
বিন্ধ, হিমাচল, জমুনা, গঙ্গা, উচ্ছল জলধি তরঙ্গ,
তব শুভ নামে জাগে, তব শুভ আশিষ মাঙ্গে,
গাহে তব জয় গাথা ॥
জন গন মন মঙ্গলদায়ক জয় হে ! ভারত ভাগ্য বীধাতা
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় জয় হে ॥

(জাতীয় সঙ্গীত শকপা লোইবা মতুংদা রাজেন্না Roll call তৌরকই)

**রাজেন**—Roll No. 1, 2, 3, 4, 5, 6 অসিনচিংবা। (মরুপ্না Present Sir হায়রনা মথং মনাও নাইনা খুম্নরকই) ইনাওশা! নখোই লাইরিক লোইনা শুনা লৈনরবরা? হংচিত্তগীদি স্কুলগী সেসন হৌরগদবনি।

**মোনো**—ওঝা! ঐগীদি ইতিহাসকা ভুগোলগতা ঙাইরে রাৎলিবা।

**রাজেন**—খম্বা! নংগীদি?

**খম্বা**—অমনবগা করিগা থারবদি ঐগীদি শুরে ওঝা।

**অতৈ ছাত্র**—ঐগীসু শুরে ওঝা! ঐগীসু শুরে ওঝা। (খুম্নরকই)

**রাজেন**—মোনো! করি তৌরে নহাক্তি হৌজিক ফাওবা লাইরিক শুনা লৈদ্রবদি? ময়ামদগী শোথহোবা, হন্থহোবা হায়বা অসি ফত্তবনি। মতম পৃম্নমক্তা মীকোক থোৎনবা হোৎনগদবনি। হন্দক পরীক্ষা অসি নখোই লোইনমক পাস ওইদি হায়ববু অতৈ ময়ামগা য়েংনবদা মোনো নংনা খরা শোল্লি। ময়াম অতৈদি ফাষ্ট ডিভিজন, সেকেণ্ড ডিভিজনগী নম্বর য়ৌনৈ। নং খরা কন্না হোৎনোকো। ঐনা মতম খরদং নখোইগী স্কুল অসি পুরবা মতমদা, নখোই খুদিংমক্না ফেল ওইবা য়াওদনা নিংথিনা পাস ওইবা অসিদা ঐগী মুংঙাইবগী ঙমথৈ লৈথিদ্রে। নখোই খুদিংমক্না ক্লাস ফোর অসি অমুক্কা নিংথিজনা পাস তৌরবদি নখোইগী খুল অসিগী স্কুল অসি মমৈদদি শোয়দনা এমঃ ইঃ ওইরকপসু য়াই। নত্রবসু নখোই খুদিংমক ইস্কালদা স্কুল অচৌবদা তম্বা ফংলগনি। অদুগা অমরোম্নদা ঐগী লাইবক থীবদি ঐনা নখোইগা তিন্নবা ফংগদবা অসি মতম খন্নদা মঙাইরে। ঐনা চৎখ্রবসু নখোই খুদিংমক্না থরাই য়াওনা লাইরিক তমদুনা খুল অসিগী চাওথৎপগী লম্বীদা নখোইনা লমজিংউ।

লাইবা—(হৌগৎতুনা) ওঝা! ওঝানা চৎকদবু কয়াম য়াৎলিবগে ওঝা?

য়াজেন—ঐনা চৎকদবা অসি থ. ৬ (তকুক) তা মঙাইরে। জুন থা লোইবদা ঐ চৎলগনি।

লাইবা—অদুদি ঐখোয়গী পাবখোইনা ওঝাগা লোইননা খুনগী লম্বী শেমগনি হায়বা অদুদি?

য়াজেন—চুমই, ঐনা চৎত্রিগৈঙ্গী মন্নুং অসিদা শেমহৌগনি। খল অসিগীদমক্তা ঐগী অয়োইবা থৌরাংস্তু অদুনি। মসিদা নখোই খুদিংমক্না একটিভ পার্ট লৌদুনা খুঙ্গাশিংগা লোইননা চাওরবা থৌরাং অসি পাংথোকপদা নত্তে পিগদবনি। ঐগী অবাইবা বাশক অসি নখোয খুদিংমক্না থুংহনগনিদনা?

ছাত্রশিং—থুংহনগনি ওঝা। থুংহনগনি ওঝা।

য়াজেন—অদুদি, ঐ য়া হাযগে, নখোয পুম্নমক পুন্নি চংনা তাবা। হৌজিক ঐখোয় নহারোল ব্লবকী মুস্তী ভীক্ষাগী চেং, তেংবাং-বদগী ফংঙকপা ফগু পুম্নমক অসি হন্দক্কী লম্বী শেম্না অসিদা লোইনমক শি জন্নবগদবনি। মসিনা লম্বী থানবগা থেং শাবগদি ওক্লগনি হায়না খল্লি, অদুগা মতুংদা ম্নুং থাবা অমস্নুং কোলাস থাবগী থবক্তুদি মনিপুর সবকারদা হাযজসি। মসিদা নখোয নখোয়না পুগদবা থবক্তি, খংবা!

থম্ব—(হৌগৎতুনা) ওঝা!

য়াজেন—নংনা খুলগী ময়াম অসিগী চান-থক্লবা অসিগী থবক্তা য়াম্না কুপ্না, হৈনা মী খুদিংমকপু মনিং থুংহনবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। নংগী নথাদা মুপামচা মুপীমচা ৫০ য়োম লৈগনি য়েনশাং নাপী শেম্না থোং-থাকপা মতম চানা পিজনবগী থবক্তা মখোইগা

লোইননা নংনা পুগদবদি। অয়ুক পুং ৮ দা চাক পিগদবনি, নুমিদাংনা পুং ৬ তা চাক পিগদবনি। অদুগা মোনো!

মোনো—(হোগৎতুনা) ওঝা!

রাজেন—নংনা নিপামচা ৫০ মুক্তা লোইননা শিং-য়েনগী থৌরাং, চাক চাফম শেম্বা শেংদোকপনচিংবগী থৌরাং চালুক লানচিংবগী মরমদা শোইদনবা হোৎনগদবনি। অদুগা নখোই অতৈনা শেমগদৌরিবা লম্বী লমশাং অসিগী মতুপ মতুপ খুদিংদা কাংবু কাংবুগী লীডর ওইনা খুঞ্জাশিংগী লমজিং ওইদুনা থবক শুমিংগদবনি। মতম্না অয়ুক পুং ৮ দগী নুংথিল পুং ৪ ফাওবা শুগনি। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা পুংখাই অমা পোম্থাবা চাগী মতম কাইথোক্কনি। নখোই ভাব তারবরা?

ময়াম—খংজরে ওঝা! তাজরনি ওঝা!

রাজেন—খম্বা! এনা হায়রিবা অসি নং শোয়দনা পুবা ঙমগনিদনা?

খম্বা—ঙমজগনি ওঝা!

রাজেন—মোনো! নংদি?

মোনো—ঙমজগনি ওঝা!

রাজেন—অদুগা খম্বা অমসুং মোনোদা শিন্নরিবা থবক অসিদি অমরোমদা য়াম্না লাইবা থবক অমনি। খ্বাইদগী লুবদি নখোই অতৈনা কাংলুপকী লীডর ওইদুনা থবক শুমিন্নবা অসিনি। মরমদি এখোইগী অম্বুক য়াম্বা থৌরাং অসি লম্বী শেম্বা অসিগীদমক্তনি। নখোইনা থরাই য়াওশিন্না অমদি খুঞ্জাশিংবু মপুক্লিং খোগৎতুনা কন্না শুহোদ্রবদি কুমগী নোংনা হাল্লক্তুনা থৌরাং অসি অরেম্বদা ফেল ওইবা য়াই। মরম অদুনা চিংথং! লাইবা! নোঙানজাও! মংলেম্বা! নখোই ভাব তারবরা?

ছাত্রশিং—তাজয়ে ওঝা!

রাজেন—অদুগীস্থ মথক্তা অচৌবা থবক অমা পাইখৎপা হায়বা অসিদ য়ৈথাই থিংগাইবা কয়াস্থ লাক্কনি। পুকচেল মান্নদবা, ফত্তবা মী কয়াস্থ চোংথোক্লক্কনি। পুন্নমক অসিবু ঐখোয়না অচুম্বা লম্বীদা মাইয়োক্লবা হোৎনগদবনি।

মোনো—ওঝা! হৌজিকপু ঐখোয়গী খুল অসিদা ফত্তবা মী কনা চোংথোক্লকখিগদগে? চোংথোক্লগে হায়দুনা চোংথোক্লক্লবদা খুল্লাকপগা, খুরা তোয়াগা, কামু যাত্রাগা মঙাইদনা।

রাজেন—অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ অচৌবা থবক অমা তৌরবদি শোইদনা য়ৈথাই থিনগাইবা খরদি থোক্লক্কনি। মদুনি ঐখোয়না খ্বাইদগী চেকশিনগদবা।

লাইবা—ওঝা! নহানগী কুম্মৈ অদুদি ঐখোয়দি ওস্থোকনা নুংঙাইখ্রেবো!

রাজেন—লাইবা! করি কুম্মৈনোনে?

লাইবা—নহানগী মীথুংশং মৈ থাবা মুমিত্তো, ওঝা! কামু যাত্রানা খুরখুন মচা খরা শেল পিদুনা নেকলগা অরোনবা লম্বীদা মৈরা অমমম পাইরগা মৈ থাগনি হায়দুনা লাকই। মানা য়ৌরক্লিরৈঙেদা চিংথংনা ঐখোয় পাও হান্না পিরয়ে অদুদগী খুরা থোংলেন খোই ঐখোয খুঞ্জা ময়াম ঈশিং পুন পাইদুনা থৌরাং তৌনরে। অদুগা য়ুম মৈ থাবদি হায়গকুগনু কামু যাত্রা অদু অরোনবা লম্বীদা লাকপদা উকুদা মখোং পুখদুনা মখোং তেকতুনা ঐখোয়না ময়ুম ফাওবা থিনবিরুই। খুরখুন মচাশিং অদুদি ঐখোয় উবদা মফি তাখৎ তাখৎতুনা অদুম চেনখ্রে।

(ময়াম নোক্কই)

মোনো—হে! হে! নখোয়গী অদুদগী ঐখোয়গীনা য়ামনা হেল্লি কুম্মৈ মুংঙাইবা। খুরা তোয়ানা মখোই নিপা তরামুক্কা লোইননা খুল্লাকপগী ইরোই ময়াম অদু লাও থোংদুনা হোয়জিল্লকই। ইরোই ময়াম অদু মথা থংবা মাক্লং তুরেন খোংবানলোমদগী কব্রংচাক ইথোল তমদুনা ফুজিল্লকই, অদুদগী ঐখোয়না বম্বুলা কাপদুনা কম্পর অরাংবকাদু লংখৎপদগী অরাংপাংনা চেনখৎখ্রে, অরাংলোমদগী অমুক কাপশিল্লকপা অদুদগীদি ইরোই ময়াম অদু হন্দুনা ময়ুম পাংনা হোৎখিবা হায়বা অদুদি, খুরা তোয়াদুসু নেৎখাইবিরম্লে, নিপা তরামুক্তুসু রায়ক্তা পনবা য়াও, ঈশিংখোংদা তাবা য়াও অমুক্তোইবা লোইখ্রে। ঐখোইসু খুরা তোয়াদো ময়ুম ফাওবা পোদুনা থিনবিরুইদা, ইরোই ময়াম্না ফুজিল্লকপদা খুল্লাকপগী মনিংথংবা কৈ অদু নিংখায়দুনা ইরোই ময়াম্না অদুম উসব খুলহৌরে।

(ময়াম নোকই)

রাজেন—তো অদুনিদো ইনাওশা! নখোইনা কাওরোইদবা পাওরৌদি। "মীগী মাংননবা তোরগা ঐগী হান্না মাংই।" "মীচা শিসন্তু নিংলগা ইচা শি" হায়বদু। ফত্তবা মী হায়বা অসিদি লাইনা খুদক খুদক্তা চপ চানা রারকপনি। নখোই থক কাওগনু। অদুগা হৌজিক্তি কালেন ছুটিসু থাগদৌরিবনিনা ঐগী পুন্সিগী রাশক, খুলগী লক্ষ্মী শেম্বা হায়বসি নখোই খুদিংমক য়ারেদনা।

ছাত্রশিং—য়াজরে ওঝা! য়াজরে ওঝা!

রাজেন—অদুদি মোনো! নং "খুলগী লক্ষ্মী শেমসি" পুন্সি রাশক ঙাকসি হায়দুনা অমুক্তা লাওদনা।

মোনো—(বেঞ্চ মথক্তা লেপথৎলগা মখুৎ হায়গৎতুনা) "খুলগী লক্ষ্মী"

ময়াম—"শেমসি"।

মোনো—"পুন্সি য়াশক"।

ময়ান—"ঙাকসি"।

(ছাত্র ময়াম্না হৌনা হৌনা লাওরে, য়াজেন গুংঙাইবগী ওমখৈ লৈখিদ্রে

[থাংমৈ মুংপা]

---

ওঙুবা উৎপা

লবুক লমহাং

লম্বী শেম্বা

নুংশা হায়গৎলক্লবা মতম্লি, নুমিৎকী মৈশা কনবনা খবক শুবা খুঞ্জা পুম্নমক য়ানরক্লবা, চোকথরক্লবা মতম্লি, মালং নুংশিৎ কনবনা লোইবী চীংগী মরুমদগী নোংতুম কয়া পাংথোরক্কুনা, অতিয়াগী অকোইবদা শান্নরি। মতম অসিদা পুক্লিং থোগৎনা চংনিং লেম্বী ঈশৈ শক্লকই।

ঈশৈ (কোরস)—

নুপী— হোঃ মালং নুংশিৎ মাংওইনা
কুমগী নোংহৌ লাক্লে,
নুজা শিন্থা শুরসি,
পুন্সি লম্বেন ফাৎহৌসি,
লাকও ইতা চান্নবীখোই,
খোইনৌ ইতাশা!

ময়াম— হোঃ শেমসি, হৈ-হা শেমসি॥

নিপা— হোঃ অনৌবা পুন্সি অয়ুক্তা,
নোনা শেন্বা থৌরাংদা,
চাংখৎহনসি নেত লৈমাও!
মালেম থুংনা ঙালহনসি:
লাকও ইতা চান্নবীখোই॥

ময়াম— হোঃ শেমসি হৈ-হা শেমসি॥

মুপী— হোঃ ইঙা নোংহো কনবনা,
মালেম শন্না চুদ্রিঙৈ,
কনাগী থোদা ঙাইদনা,
পুন্সি লম্সি লোইহৌসি।
লাকও ইতা চান্নবীখোই॥

ময়াম— হোঃ শেমসি হৈ-হা শেমসি॥

নিপা— হোঃ নংগী শরুক এনা লোম,
এগা শরুক নংনা লোন,
তম্বা থৌদং ঙমনসি,
পুন্সি রাশক ঙাকনসি
লাকও ইতা চান্নবীখোই॥

ময়াম— হোঃ শেমশি হৈ-হা শেমসি॥

(ময়াম পুমনমক নুংঙাইনা লৈপাক লোনবা য়াও, তৌবা য়াও অনৌবা পাঙ্গল হাপনো কন্না শুগৎনবকলিঙৈ মতমদা মখা থংবা মাইকৈরোমদগী ফুরো ফুরো, হাংলো হাংলো হায়্নবা খোঞ্জেল্লা নিন্নরকলে। রাজেন থুনা য়াংনা চেঙ্গোরক্কনা)

রাজেন—কৈদোরে? কৈদোরে? ময়াম চেল্লকইবা অসিবো!

শম্ফবা—(নুংশা থীনা) ওঝা! খুল্লাকপগী কাংবুনা ফুত্নুনা লোইনা তানখাইরে। মকোক কাইবস্থু য়াওহোরে, চৎপা ঙমদত্নুনা লম্বীদা তুংনা লৈহোবস্থু য়াওহোরে।

রাজেন—ইমাইপেম্মা ! মাংলেদনা !

(রাজেন থুনা ম্যাংনা চেনশিনখিবদা কামু যাত্রানা রাজেনবু মকোক থুগাইরে। রাজেন লৈমাইথক্তা তুখবে, কামু যাত্রানা লৈমাইথক্তা চিংজুনা পুরে, খোংপাকনা কাওজুনা ইম্বোরকলে)

খুঙ্গা ময়াম—ওঝা রাজেন শিরে, ওঝা শরে !

(কল্লা লাওনরকলে অমসুং কপনবা কয়াম্ব য়াওনরক্লে)

কামু যাত্রা—(মখুত্তা চৈতুপ পাইবগা চোংথোরকতুনা) ফৈয়েং মচা ম'রন ফবা কনা কনানো। ঐগী মাংদা অতুক লেপপু। নথরাই লৌগে থংগনি।

(ময়াম্না রাজেন শিরে লাওনরকপা খোঙ্গন তাবদা, চাইবী, থম্মোই কাইনা, মথরাই থুবাক্তা হাপতুনা, মীয়াম মরক থাইদুনা রাজেনগী মনাক তাম্না চেল্লকলি)

চাইবী—রাজেন ! রাজেন !

(লৈমাইথক্তা তুংনা লৈবা রাজেন উবদা মশমবাক্তা কোনথংলগা)

ইসঃ করি মতৌনো তৌরম্লিবা অসি'দ মাংলেদনা, রাজেন !

(কপ্পা কপ্পা থম্মোইদা চেংনা কোনশিনখ্রে। মথাংদা পুল্লিবা ইনফা শেগাইদুনা রাজেনগী অকাইবা মকোক অদু পুনশিনখ্রে)

রাজেন ! নংনা করি লাল্লুদুনা, কনানা নংবু অসুক থীনা তৌরক্লিবনো ? মাংলেদনা অ'সদি।

কামু যাত্রা—চাইবী ! নং চৎথোকখ্রে। নংবু পোকপা খুল্লাকপগী মিংচৎ থিহনবা, মাং তাকননবা শিল্লিবা; খুনগী থৌনাইদবা খোমদুনা ইরাং হৌহল্লিবা পুম্নমক অসি মাগী অনৌবা থৌরাং অসিগা লোইননা শিজরসনু।

(খুঙ্গা পুমনমক তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈনরে)

চাইবী—(অশাওবগী মৈনা চাকথেক্রবা মিংয়েংগা লোইননা) নং ওইরে !

নহাকপু এৗনা খুন অসিদা হৌমিন শাংশিন্নবা অদুগীসু মথক্তা ইপাগী মীনি হায়দুনা ইবুং অমগুমনা কাইদনা চংলকপনি। খুন অসিদা মাগীনি হায়দুনা হন্না য়েংবদা কনা লৈজদ্রবা, লমলাব্ধা মচানি হায়দুনা লাকচ থিরিবা নত্রদো ?

(নাকনদা লেপলিবা শব্দবদগী থাংজো লোরগা)

খুল অসিগী চাওখৎপগা লম্বাদা মথরাই ফাওবা পাম্ৱদ্রবা নিপাগী মথবাই লোগে খল্লিবা মারন ফবা নিপা অদু কনানো ? লাও চংলকউ, ঙসি মাগা মাংথানা চাইবীনা শিগদৌরিবনি।

(খাংজং কন্না লাকতুনা থাংজো পাইদুনা চংশিনবা)

রাজেন—(হোগংদুনা) চাইবা! চাইবী! মাংলে, মাংলে, অদুম তৌববদি। এৗ কবিগু তৌদে (মখুত্তগী থাংজে মুন্নগা), চাইবী! নং করিগী ওদুক শাওবা। এৗগী পুন্সিগী রাশক্তা লোইননা অনৌবা থৌরাং অসি পাংথোকনবা হোৎনবদা করিসু লৈত্রবা মমল যাওদ্রবা এৗগী ঈ খরদং অসিনা বলিদান কৎপা ফংনিবা অসি এৗগী বয়াদা লাইবক ফখ্রবনো। মসিনা এগী খুাইদগী অপেনবনি, হন্দক্তী মপোক অসিগী কাওররোইদবনি। পুন্সি অসমগী শান্তিনি চাইবী!

চাইবী—রাজেন! (কপই)

খুল্লাকপা—(তোঙাগী লোম্ননা হনা খাংনা চংলকতুনা) কাম্ভ ইবো! হৌজিক ফাওবা মথবাই লোদ্রবরা? হৌজিক ফাওবা লোইশিনদ্রিব্রনে ইবো। করি য়েংলিবগেনে ?

চাইবী—(মপাগী চিংক্ত) খুন অসিদা চাইবীনা হিংলিদৈদা রাজেনগী মথরাই লোগদবদি কনাগীসু মতিক লৈতে।

খুল্লাকপা—চাইবী! নংসু য়াওনা ?

চাইবী—মানি, ঐস্থু য়াওনা। ঙসি ইথুনগী চাওখৎনবগী লম্বীদা চাইবানা লমজিংলি।

খুল্লাকপা—চাইবী! নং যাওনা কনাগী থৌইনশিন্দগী ইপাগী মাইথিনবা শিল্লি। নংদি খংদ্রমাল্লে, নংনা পিশক পিক্লিঙদগী ইপানা নংগী অউন লৌনি তমখ্রবা লোফম আস য়ানখাইদুনা লম্বী শেম্লে। ঐবু অসি যৌনা উশিল্লবা খুল অসিদা, ঐনা খুল্লাকপ ওইদুন লকুবগী কবি কান্নগনি। নং নত্তনা ইপাগী কনা লৈবি। লৌক্তহৌবসন্থু, যানখাইবসন্থু, মথোইগী মনিং থুংহৌবসন্থু, লাও ইপা ইচাদি চৎলসি লাও। অহল ওইরবা নপা ঐবু পুবরো লাঙনে চাইবা।

চাইবী—খুনগা চাওখৎপা, থুঙ্গাশিংগা মনিং থুংবনা খুল্লাকপগাসু মিচৎনি, হেন্না ফজবনে। ঐবু পোকপা ইপানা ঐনা পিক্লিঙদগী হৌনা এগাদমক তম্বাখ্রবা লোফম অসি, খুলগা কান্নগদবা লৈরবদি, ঐনা লোয়ন চথোকচরবনি।

রাজন—চাইবী! (ঙকপা থংখ্রে, লাইবেম্বীগুম থনখ্রে)

খুল্লাকপা—মানি, পিথোকখ্রা, যেন্থোকখ্রা লৌজহৌরসন্থু লোইনমক ঐ মফম অসিদা অমুক লনিংদ্রে, খুনং অসি থাদোক্তুনা কদাইদনো ইপা ইচা চৎলসি মান্নুংশ খংদ্রবা, কাংব শেমদুনা মীগী মাংননবা শিনবা, অসিগুম্বা মফম অসিদগী থাপ্পা চেনখ্রাস।

চাইবী—কদাযদা চৎকনি, কদাইদা চেন্নুগনি, পোন্নফম লমদমদগী হেন্না নুংঙাইবরু কদাইদা লেবগনি। লাও পাবা! অসিদা চংলকউ এগী ইনাক অসিদা লেপ্লো লাও, শোইদনা নুংঙাইবা ফংগনি। য়েংউ, নহাক্কী খুঙ্গাংশ অসি নুংশিদ্রা? অদুগা নংদি খুল্লাকপনি, পুকচেল চাওরবা, মশাগী ওইজবা থাদোল্লবা নিপা অসিগী তৌবিমলদি, নংদি করিনা লমন শিংগনি।

খুল্লাকপা—(থম্মোই পুন্নমক পেৎথ্রে, ভথক ভথকপা মিৎয়েংদা মিৎকী ইরাগা লোইননা রাজেনবু চেৎনা কোনখ্রে) ইপাগী ইবুঙো! নংগী নফমদা ইপানা কয়া লানখ্রে, ইপাবু রারোগনুকো। (খুঙ্গাশিংবু য়েংলগা) ঐগী নুংশিরবা খুঙ্গা পুন্নমক! অহল ওইরবা অফ-ফত্তা রাখল লৈত্রবা ঐনি নখোই পুন্নমক্তা ঐবু ঙাকপিয়ুকো। লাও থোংলেন! অসিদা চংশিল্লকউ, তনিক তনিক্লব। থম্মোই অসিনা হকচাং অসিবু পুত্থনা লেপ্পা ঙমদ্রে, নংবু কোল্লগা পোথাগে লাওনে। (মহোশা নুংঙাইনদবা মলোম পুন্নমক কাওথোক্ত-ত্তনা থোংলেন, খুল্লাকপা অনি কোম্নখ্রে) নুংঙাইরে, পেল্লে, ঐগী ইচাওপী চাইবীনা, অহল ওইরবা মিৎ তাংলবা মপা ঐবু নৌনা অমুক মিৎ পাংহল্লে। লাওনে তোয়া! নংস্থ, মৈতৈ লৈমগী চিদায়দা, লোইবী চীংখোং চীংয়া নকয়ানা, অশংবা ফীজোন্না লৈতেংবা পলেম খুঙ্গাও অসি ফজদ্রা য়েংওলাওনে নংস্থ।

(তোয়া তপ্পা তপ্পা চংলক ত্তনা মযামগী মরক ভিল্লরে। কামু যাত্রা শংত্রিক যেংলম্লগা ইকাই নুংশি থাগনা মমাই ওন্দ ।চংখ্রে। খুঙ্গা পুন্নমক্তা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে, চাইবীগী জয়ধ্বনি লাংখ্রে)

[ থাংমৈ মুৎপা ]

---

# ৭শুবা উৎপা

## পলেম খুনগী কাংজৈবুং (লম্পাক)

### নুংথিল

টেবল, চিয়ার ময়াদা মাইক্রোফোনসু পান্দুনা লৈ। খুঙ্গা ময়ামসু মুপী-অঙাং খাক্তনা তিনবা হৌরক্লে। শাজোনা মিটিং হৌননবা কয়া শেম-শাবা লাকনরি।

শাজো—(মাইক্কা লাউরকই) ময়াম পুন্নমক ঙসিগী মিটিং অসি হৌনবা তৌরসি।

ময়াম—য়ারে, য়ারে! হৌরসি, হৌরসি।

শাজো—ঙসিগী তিনবিরিবা খুনগী ইপা-ইপলশিং, ইচিন-ইনাও পুন্নমক্কী মফমদা ঐনা নোল্লুকনা নিংশিংজরি। ঙসিগী Fare well মিটিং হায়বদি কাইনবগী মিটিং অসি ঐখোয়গী খুন্দা ওঝা ওই বিরম্বা, খুল অসিবু অনৌবা থৌরাংগা লোইননা কয়া শেমগৎ শাগৎপিরম্বা ওঝা রাজেন্না চৎখিবগীদমক্তনি। পুকচেল চাওরবা নিপা অসিনা মতম খরদং লৈবিরম্বা অসিদা খুল অসিগী অঙাংশিং লাইরিক তম্বীবদা নত্তনা খুল অসিগী চাওখৎ-নবগী লম্বীদা মথন্বাই য়াওনা, কয়াদা রানা হোৎনবিরম্বা. অসি ঐখোয়না মপোক অসিমগী কাওররোইদবনি। নিপা অসিগী লমন অমদি তৌবিমল অসি ঐখোয় খুঙ্গা পুন্নমক্না মপোক অসিমগী তোলহৌরবনি। অসিগুম্বা পুকচেল চাওরবা নিপা অসিবু ঈশ্বরনা মতম পুন্নমক্তা য়াইফবা পিনবিসনু। অদুগা ঙাসগী মিটিং অসিগী সভাপতিগী আসন অসি ফৈয়েং খুনগী খুল্লাকপবু লৌবিনবা হন্না হন্না নিংশিংজরি।

থোংলেন—(হৌগৎতুনা) ঐনা সেকেণ্ড তৌজরে।

(খুল্লাকপা চংলকতুনা আসন লৌগ্রে, মুপীমচা মুপামচাশিংনা লৈপয়েং হুকখ্রে। ময়াম খুবাক খুয়ে)

খুল্লাকপা—(হৌগৎতুনা) ঙসিগী মিটিং অসিদা শ্রীযুক্ত থোংলেন সিংহবু য়া খরদং ঙাংবিয়ু হায়না কৌজরি।

থোংলেন—(চংঙকতুনা মাইক ময়াদা লেপতুনা) ঙসিগী তিনবিরিবা অহল লমনশিং অমদি ইচিন-ইনাওশিং পুম্নমক্কী মফমদা ঐনা নোল্লুক্লা নিংশিংজরি। মাতুদি ঐখোয়গী খুল অসি মমাংঙৈদা ওইরম্লা ফীবম অদুগা হৌজিক্কী মতমগা কয়া খেন্নরবগে হায়বা অসি ময়াম পুম্নমক্লা তশেংনা উবিয়ে। মসিদা খুল্লোন্নবা খুঙ্গা কয়ানসু কয়াদা থাগৎনরবা, অমরোমদা কল্লক্লবা কয়াসু য়াওবব, পুম্নমক অসি ঐখোয়গী খুল অসিগী ওঝা রাজেন্না শেম্বিবা ঙাক্তনি হায়বদা থোইনা অরানবা ওইরোই। অদুগা অমরোমদা ঐখোয়গী মুংঙাইতবা অমনা, অসি য়ৌনা চাওখৎ-পগী খোংথাংদা ওঝা অসিনা মাগী মখুনমক্লি খন্দুনা ময়ামবু মাংওইননা লমজিংবিরম্লগা, হয়েং চৎখিগদবা অসি ঐখোয় খুঙ্গা পুম্নমক্কী য়াম্না মুংঙাইতবা অমনি। অদুবু সরকারনা পিরকপা মতম লোইরবা অসিদদি ঐখোয়না লৈহন্নিংই হায়দুনসু ঐখোয়না অমুক পন্থনবা খাম্বগী শক্তি লৈত্রে। অদুবু ওঝা অসিনা খুল অসিগীদমক্তা শেমগৎ-শাগৎপিরম্লিবা কয়া অসি খুল অসিনা মাংখিদ্রিবা মখৈদি লেংদনা লৈরগদবনি। অদুগা তুংদা হৌরকপা নহারোনশিংনসু খুদমশিং অসি হেক হেক উবদা তত্তুনা ওঝা রাজেনবু কাওদনবা নিংশিংনবগী খুদম ওইহৌরসনু। (ময়ামা খুবাক খুই) অদুগা ঐনা খুল অসিগীদমক্তা অরোইবদা হায়জনিংবদি লমজিংবিরম্লিবা ওঝা অসিনা চৎখ্রবসু খুঙ্গা ঐখোয় পুম্নমকনা পুকচেল মান্নরা, চহি খুদিংগী অনৌবা

থৌরাং কয়া পাংথোকপা, শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরাং কয়াদা লিংজেন মান্নবা চৎথসি। থৌরাং খুদিংমক্তা মকোক চিংবীরম্বা ওঝা রাজেনবুসু নিংশিংসি। ঐ অসুরাইদা অসুম লোইজরগে।

(ময়াম খুবাক থুই)

খুল্লাকপা—(হৌগৎতুনা) ঐদি অহল ওইরবনি শিবগী নুমিৎ পাদুনা লৈরবনি, ইপোকথোক ইয়া লাংলবা ঐনদি করিসু ময়ামগী মতেং পীবা ঙমগনি থাজদে। অতুবু হেররিবা নহারোল নখোয় পুন্নমক্না খুল অসিগী চাওখৎনবা লম্বী কয়া, অনৌবা থৌরাং কয়ানা মৈত্রবাক অসিগী মমাংদা পালেম খুল অসিগী মমিং লেংদনা থম্বা ঙমনবা হোৎনৌ। অসিগী মথংদা ওঝা রাজেনবু খরদং ঙাংবীনবা নিংশিংজরি।

(রাজেন চংলকতুনা মাইক্রোফোন ময়াদা লেপ্পা, ময়াম্না খুবাক থুই)

রাজেন—ইকাইখুম্নবগী মশক ওইরবা সভাপতি অমদি নুংশিরবা খুঙ্গা পুন্নমক! ঐনা ঙসি অমুক করি হায়খিগনি, করি ঙাংখিগনি। ঐদি খুল অসি থাদোক্তুনা চৎপা তারে। ঐগী পুন্সগী থৌরাং লোইবগা লোইননা ঐগী মতমসু লোইরে। চহি অমা মখাইগী মতুং, ঐগী চৎলমদাইগী অরোইবা নুমিৎ অসিদা খুল অসিগী ইচিন ইনাওশিং, অঙাংনুবী অমদি অহল লমম পুন্নমক উনবা ফংলিবা অ'স ঐগী য়াম্না লাইবক ফবা, খ্বাইদগী নুংঙাইজবা অমনি। অমরোমদা লাইবক থীবা অমনা ...ম কুইনা ময়ামগী সেবা মতোন লোম্না তৌবা ঙম্লমদ্রে, এবু রারৌবীগনু। ঙসি অরোইবা নুমিৎ অসিদা এনা অহানবা খুল অসিদা লাকপা, খুঙ্গাশিংনসু মীতোপ চংবা য়াদে হায়দুনা থিংবা অদুবুসু নিংশিংই। ...তম অদুদা ওইরম্বা ফিবম অদুগা হৌজিক্কা য়েংনবদা খুঙ্গং অসি অসুক্কী মতিক ফগৎলে, মী পুন্নমক অসি অসুক্কী মতিক পুকচেন তিন্নরে

হায়বা অসি খংবা ঙমই। অদুগীসু মথক্তা হৌজিক্কী মতম অসিদদি মী পুম্নমক অমনা অমগী মতেং পাংনজুনা, অরাং অপা কয়া মেন শিন্নতুনা চাওখৎপগী খোংথাংদা, অপনবা লেতনবা হোৎনগদবনি। ঐনা অহানবা খুন অসিদা লাকচরা মতমদদি নিংথিনা চৎনবা লম্বী লৈরমদে, ঈশিংখোং কয়া লান্দুনা, ফী তাখৎতুনা খুল অসি য়ৌনবা রানা লাক্লমই। অদুবু ঙসি ঐনা হনখিবা মতমদদি ইঙা থাগী নোংখোং লুমলবা নোংচৌ মরক অসদা মফম অসিদগী ইলাই লাইনা গাড়ী তোংদুনা হনখিবা ফংগদৌরি। অদুগীসু মথক্তা খুল অসিনা ইমা-ইবেল, নুপী অঙাংশংনা অমম-অথেং কয়া নোংজু নোংশা কয়াদসু চিংনবা লেতনা চৎনহৌরগনি, খল্লুবদা ঐগী নুংঙাইবগী ঙমখৈ লেখিদ্রে। অদুগা ঐনা অরোইবদা হায় জনিংবদি করিসু লেতবা ঐনা খুল অসিবু শেম্বা ঙম্বা নত্তে, খুল অসিগী ইপা-ইপল, ইচিন ইনাওশংনা পুকচেন খোইজেন তিন্ননা, লিংজেন মান্ননা নোম্বদগী, ঙসি অনৌবা থৌরাং কয়া চাওখৎপগী খুদম কয়া অসি খুল অসদা উবা ফংলিবনি। মতুং অসিদসু খুরা থোকলেন্না তাক পখিবগুম্মদনা, ময়ামগী শাক্তনা তৌবা ঙমদবা লৈতে, পুকচেন মান্নবা, লিংজেন মান্নবনা, অনৌবা থৌরাং কয়াগী পাংথোক্লব মন্ত্রনি। হোৎনবগা মথা পোনবা তাইবং অসদা, মতমগী খোংচৎকী ঈচেন্দা চহি খুদিংগী অনৌবা শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরাং কয়া পুথোক্তুনা লোইবা চীংয়া ঙাল্লিবী, মৈতৈ লৈমগী চিদায়লম, পলেম খুঞ্জাও অসি চাওখৎপগী ঙমখৈ যৌহনবীয়ু মী পুম্নমক্কী য়েংনফম ওইহনবীয়ু। মসিনা ঐগী অরোইবা প্রার্থনানি। অদুগা এদি চৎপা তারবনি হয়েংদগীদি ময়ামগা উনবা ফংলরোইদবনি। অদুগা ঐগী নুংশিববা ছাত্রশিং অমদি খুঞ্জা পুম্নমক ঐনা মতম খরদং লৈরম্বা অসিদা খুল অসিদা

ঐনা লানথিবা, অকায়বা কয়া য়াওখিবা লৈয়বসু রাথল লৈত্রিবা অঙাংগুম্না থনবীতুনা অয়ানবা কোঙ্গায় ঙাকপিয়ু হায়না হন্না হন্না নিংশিংজরি।

(মভম অসিদা কামু যাত্রা ইকাই ংংশি য়ান্নিনা মাইথে'ং লাংশিন্না লৈ পরেং অমা পাইগুনা চংনিংংলেম্বীগা লোইননা চংনিংনা মাং থাংনা চংলকই। রাজেন মাইক্রোফোন মনাক্তগী মুন্না য়েংলকই, চংনিংনা ওঝা রাজেনবু কৌরকই)

চংনিং—ওঝা রাজেন !

(চংনিংনা হয়াও হবাওনা কৌরকপা অতগা রাজেনা চংনিং অমসুং কামু যাত্রাগী মনাক্তা হয়াও হয়াও চিংশিল্লকই, কামুনা হয়াওনা লৈপবেং অদু রাজেনগী ঙকশমদা হুত্রমই অতুগা চেংনা কোন্নমই)

কামু যাত্রা—রাজেন ! ঐবু য়ারৌগনুকো। নংগী নফমদা এনা কয়া লানখ্রে, অকাইবা কয়া চৎখ্রে, লবাইদা পোকপা অপংবনি খন্দুনা ঐবু ঙাকপিয়ু। (চেংনা কোন্নখি)

রাজেন—ঐ করিসু শাওদে, করিমতা য়ারৌদে মকুপ ! ঐগী ঙসি অরোইবা নুমিৎ চৎলমদাই অসিদা অকনবা, থৌনাফবা নংবু য়েক্লবা ওইনা থনয়গা চৎলগদ্রা খল্লুবদা থম্মোই অসি য়াম্না য়ারমই য়াম্না চিংনরমই অদুবু ঙসিদি চিংনবা অদু কোক্লে। ঐগী নুংঙাইবগী ৬মখৈ লৈত্রে মকুপ !

কামু যাত্রা—অদুবু রাজেন ! ঐনা নিংঙমহৌরোইদবদি, এনা নংগী নকোক থুগাইখি। নংগী নমাইদা দাগ থমদ্রেনে মরুপ ! পুন্সি অসিমগী এগী থম্মোইদা দাগ ওইহৌবা তারে।

(থবাগ নুংঙাইতনা কপই)

রাজেন—মসি ঐগী য়াম্না নুংঙাইবনি, লাইবক ফবনি। ইম্ফাল য়োৗরগা ঐনা মসি নুমিৎ খুদিংগী মিংসেন্দা হেক হেক উবদা

পুক্সিগী মাশক কয়া পাংথোকখিবদা চান্নবা মরুপকী খুদম, মুংশিনরবা মরুপ-মপাং কয়াবু ভক্তনা নিংশিংনবা খুদম্নি।

কামু যাত্র'—(ইমা হোৱবা মিৎনা মুমা য়েংলগা) রাজেন! (চেংনা কোম্লথি)

[ থাংমৈ মুৎপা ]

---

## ৮-শুবা উংপা

### খুঙ্গংগী লম্মী

### মুমিদরাইরম

মুশিংনা চীংয়া তম্লক্লে, ইংগা থাগী নোংহৌ মরক্তা মুমিৎকী মশেক্লা মৈবদা, হাংড্রানবা ফীজোনংুম মালেমগী মচু হোংলক্লে, লৈয়ি লুংসা মুংশিংনা কাইদ লোইরোই শিৎতুনা হৈনম-লৈনম খোম-তুনা মপুগী থোগন তৌরক্লি মতম অসিদা ছাত্র ছাত্রী খুঙ্গা কয়ামুক্লা শাজোগা লোইননা ওঝা রাজেনবু থিন্দোরক্লি।

শম্ভবা—ওঝা! ঙসিদগী হে রদুনা ঐখোইগা কায়নবা হায়বদু ওইরে-দকো ওঝা!

রাজেন—মতমগী খোংচৎনি শম্ভবা! অমুক উম্নবা অমুক কাইনবা ঈশ্বর মানা শিল্লিবনি।

থোংলেন—ইবুঙো! নংনা থনম্বা, নংনা শেম্লম্বা খুৎফম ময়াম অসি উরগা নংবু করম কাওগদগে? নংগী তৌবীমলদি খুঙ্গা ঐখোয়না তোলহৌরেদকো।

রাজেন—কল্লিগী তোল্লুগদগে খুরা! ঐগী মুংঙাইবগী ওমথৈ লৈত্রে, ঙসি ঐমা মহোশা লেরমদবা, ঐগী পুন্সিগী রাশক্কা লোইননা শেম্লম্বা, পলেম খুলগী শোরোক অসিদা ইঙাগী নোংহৌ মরক অসিদা ইরা রাদনা হনবা ফংলিবা আস, মীওইনা পোকপা কনানা শিরগা স্বর্গগী লম্বী চৎপা অদুদগী হেন্না মুংঙাইজবা অমনি খঙ্গরি।

খুল্লাকপা—রাজেন! চৎলোকো। ইপানা লানবা কোঙ্গাই ঙাকউকো। অহল ওইরবা অফ-ফত্তা রাখল লতবনি খন্দুনা ঐবু ঙাকউকো।

রাজেন—পাবা! নং করি লানগনি, নচানা লানবা ঙাক্কনি। (খুকন্মী)

(পাঠশালা তম্বা অঙাং অমনা চেনশিল্লকহুনা রাজেনগী ফীজি পাইরগা)

অঙাং—ওঝা! নংদি ঐখোইবু দি তম্বীরমদনা চৎলগেরা? নং অমুক লাক্লরোইদ্রা? (কপই)

রাজেন—নংনা ক্লাস IV কারবা মতমদা ঐ অমুক লাক্কনি, নংবু অমুক তম্বীরগনি। ঙসিদি ঐ য়ুমদা চৎ-নুখিগে। খুনগী ইপা ইপলশিং ই চন-ইনাওশিং পুম্নমক! এনা বাঁদায় নিজরি ঐ চৎচরগে। খম্বা! মোনো! নোংঙানজাও! মংলেম্বা! Good bye. (মখুং থাঙ্গংলি)

ছাত্রশিং—ওঝা! Good bye. (শাজোগা হেগু সেক তৌনৈ)

(ছাত্রময়াম্না ওঝা রাজেন্দা লৈ হুকপ্রে, কোন্নহুনা বাঁদায় তৌনপ্রে, ময়াম্ম পুম্নমক হুম্নখ্রে। রাজেন সুট কেশ বেডীং পুরঙনা চৎখ্রে, হায়না হায়না খুন্দোল লোম্নক্রে লোহবী চৌংম্না ম্নোরক্রে মতম অসিদা চাইবী পুন্সিগী থরাই য়াওনা লেংলবা লৈ পরেং অমা পায়হুনা নুংশা মপি থবেং থবেং হোন্দুনা কম্না তাম্নরক্লি, অরাপ্পদগী কৌরক্লি)

চাইবী—(থরাই শোকনা) রাজেন! ওঝা রাজেন!

মৈতৈ খুঙ্গং

(রাজেন তাহুনা চাইবীগী মনাক্তা চংশিল্লকতুনা)

রাজেন—চাইবী ! মং লৈরমখো, ঐ ইমাগী য়াথং লৌরুখিগে অতুগীসু মথক্তা এনা মমাংঙৈদা খুল অসিদা লাকপা মতমদসু খুল অসিদগী করিমতা পুরোই হায়না রাশকলমই। নংনা ঙসিদি ঐগী রাশক অসি ঙাকউ। ঐ শোইদনা নংবু লৌবা অমুক লাক্কনি। নংগী থরাই হকচাং য়াওনা লেংলবা লৈপরেং অসি অসুম্না অ চকপদা লোন্না লোগদবা নত্তে। ঐগী পাখং পুন্সি বসন্তগী অয়ুক্তা মপোক অসিমগী লৈপরেং অসি শিজগে।

লৈপরেং অদুদা লাইবক কালমলগা মমাই ওন্দুনা মপোং পুত্না চৎখ্রে। চাইবী নিবা কাইবা, খুমখম থংদবনা তথক তথকপা মিয়েংদা মিংকী ইরানা থংথিবনা তার তংলবা বানাগুম খোনাওদগী খোঞ্জেন থোকখিদ্রে। হায়না হায়না রাজেন নুজা মিংযেদগী তামখ্রে, নিংবা কাইবগী ইথকনা থম্মোই থমহংলবী নুঙ্গাদা মাগী পুন্সি শোবোক্তা লৈহোরে। ততনা শিঙ্খ্রিবা মিংলু ইরা মরক্তা লাইবী চাংযারোমদগী মালং নুংশিং লোইননা নিংবা কাইবা কনাগী ঈশেনা চাইবীগী থম্মোইদা তাশোন ওইরে। নুজাগী থম্মোইবু রাজেনগী পুন্সি লম্বেলদা পুখবে, হকচাংতা লৈজহৌই হায়বতু মঙাইরে রাথলাদ ইনংবে।

## ঈশৈ

চিংনা চিংনা য়েংহোরে নংবু
মিংকী পগা লোইননা॥
নুংশি মৈচাক কাররবরা ?
নিংহন্নগে খল্লবরা ?
থম্মোই চেকলা নুংশিবা॥ চিংনা চিংনা॥

য়েংউনে শামাই লৈখ্রবা,
নংগী পুন্সি লম্বীসিদা,
লৈকা চোইহোরে লৈরাংসে। চিংনা চিংনা॥

মুংশি লংলা তংহৈদবা,
পুন্সি লৈরাং পরেংসে,
নশুংলাংগীনি কাওরবরা ? থম্মোই খোইমু ॥

উনা উনা তামখরে,
মিৎলু ইবানা থংখরে,
খাইন মৈচাক মৈখুলক্তা। চিংনা চিংনা ॥

(মিৎলু ঈন্না থিগুমদ, নুজা মৈচাক য়েংগুমদবনা যৌবন্নিকা ভগ্না ২ হায়জিনগ্রে)

[থাংমৈ মুৎপা]

---

লোইরবা

---

Printed at the GOVERNMENT PRESS, MANIPUR.